# কালিকটনা কৌরকপদা

অইবা

লাইশ্রম রাজেশচন্দ্র



অশৈ বাক্সোঙ য়োকখৎ লুপ

CALICUTNA KOURAKPADA

TRAVELOGUE

*Written By Laimujam Rameshchandra*

*Yaingangpokpi, Manipur 1996*

ফোঙবা : অশৈ রাংফোঙ লোকখং লূপ

ইত্তম মুঙ্গোইগীদমক অইবা মশানা ফোঙজল

অহানবা নম্বা : এপ্রিল, ১৯৯৬

মশীং : ৫০০

মখুম য়েকপা : প্রেমানন্দ রোয়

মমল : লুপা ১৫.০০

কোপিরাইট : অইবা

নমফম : থোংনাংথারা প্রেস, খুরাই লমলোং কৈথেল, ইম্ফাল

# লূপকী ৱারোল

কুনথুবা চহীচা লোইরমদাই শক ১৯৯৩ দগী লিংলকখিবা অশৈ ৱাখোঙ য়োকথং লূপ-না মসিগীদমক খোঙলকপা ৪ শুবা মীয়ামগী মফমদা খূদোল ত্তমজরিবা লাইবিক লাইমুত্তম রামেশচন্দ্রগী ' কালিকটনা কৌবকপদা" কৌবসি অইবগী পুন্সিদা অহানবা লমকোয় ৱারোগী থৃথানি। লূপ অসিনা খোঙবদম্নু হীরস অশোমদদি অহানবা লাইরিক্লি।

হীরম কয়াদা মথল মথেলগী মশক নাইবা পোথোক পুথোক্লুনা ইমালোন সাহিত্যগী লনগৈ চোলহন্নবা থৌদাং লৌমিন্নবা খুৎ-শন্নবা থরায় য়াওজবা নৌরিবা মীওইশিংনা লিংজরিবা লূপ অসিনা লমকোয় ৱারোগী লাইরিক অসিবু মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি।

যাইমা ছাওবা
সেক্রেটরি
অশৈ ৱাখোঙ য়োকথং লূপ

এপ্রিল ১৭, ১৯৯৬।

# ৱাহৈ খরদং

লাইমুজম ৱামেশচন্দ্রনা ইবা "কালিকটনা কৌরকপদা" হায়রা অসি লমকোই ৱারীগী লাইরিক অমনি। অইবনা ওল ইন্দিয়া ৱিজনেল রুরেল বেঙ্ক এমপ্লোইজ এসোসিয়েসনগী মীফম য়াওবা কালিকটতা চং-লুবগী মরীক চুম্বা পাউদম অমা পীরি। ইম্ফালদগী খা ভারতকী চাউখৎলবা রাজ্যশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা কেরলাগী কালিকট কাওবগী খোঙচৎকী অরা নুংঙাইগী থৌদোক, খা-ভারতকী মীশিংগী থকশি খাশি, মমারোল অমসুং ময়েকপু নুংশিজবা কয়া তমলি। ঐখোয়গী অরাং নোংপোক ভারতকী লমদমশিংগা য়েংনবদা শেমগৎ-শাগৎপগী লমদা চাউখৎ খোঙথাংদা হেন্না থুমাঙ চাউশিনখিবা উবদা অইবগী পুক্নিংদা নুংঙাইতবা পোকই! অমনা পোক্লফম লমদম মনিপুরদি য়াম্না শোৎথনা লৈহৌবতা নত্তনা লৈহেন্দ্রবা মফম অমা ওইরে হায়বসি খোঙচৎ অসিদা পোক্লকপা অইবগী ৱাখলনি। মীরমদা কোয়রুরগা পোক্লফম লমদমদা হল্লকপদা নুংঙাইবা পোক্কে। অইবনা ফোঙদোক্লি— "ঐখোয় মশেল হাত্তোক্লবগী থৌদোক ৱাথোক্লা থল্লবা ওইদ পাদ, হুরান চীস্থী, শেঙ্গা থুমজানা হু তরেত্তগী হেন্না খারবা ঈরমদম মনিপুরগীদমক খোঙশাল্লক্লে।"

লমকোয় ৱারী মনিপুরী সাহিত্যদা নৌনা চংলকপনি। মসিদা কলম পায়বা অইবা মশিং য়ামদ্রি। য়াম্না মাই পাক্লা ইরকপসু ইরৈ লৈদ্রি। মগুন লৈবা লমকোয় ৱারীনা অইবতা নত্তনা অপীববুসু খোঙচৎ অতুদা শরুক য়াহনবা ঙম্মি। অইবগী পান্দমদি মহাক্কী খোঙচৎ অতুগী পাউদম মরীক চুম্না পীবতা নত্তনা ঐখোয়গী লৌশিং চাওখৎহনবনি। অইবগী তীক-খল উৎপনা মপুং ওইরবসু খোঙচৎ অতুগী মশক তাকপা

ঙমদে; লম্মিং তুমিং থাবদা (তোমোগ্রাফি) হেনমনগ্রবসু মীশক অচু অমুক কাওথোকহল্লি। লমকোয় রারী ট্রাভেলোগ নত্রগা লিটরেচর ওফ ট্রাভেল) অতৈ সাহিত্যগী মচলগুম্না মরুওইবা কলা অমনি। মসিসু মীয়াম্না পাম্নরক্লিবা, চাউখৎলক্লিবা সাহিত্যগী মচল অমনি।

শ্রী রামেশচন্দ্রনা সাহিত্যগী মচল অসিদা কঁলম পায়রকপসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। পুথোরক্লিবা অসিসু অহানব ওইবগী নোপতক থোক্লবসু পাবা য়াবা অমনি। মখা তানা চৎথরক্লবদি শোয়দনা মহৈ য়ানগনি হায়না চেৎনা থাজব্জে।

ডাঃ টিঐচঃ ইবোহনবী

## —রাঁমাঙ য়াঙ্গবা—

হায়নবা অমদি লৈ, লংকৈ য়াম্না চংশুনবা লায়রবা নূপা অমা মাগী য়ুমথংননা লৈবা মপান ঈথোক থোক্তবা ঈনাকখুনবা নূপা অমগা খৎনবদা মহাক মঙাইরে হৈশিংব। হায়না খঙ্গরদুনা ফুতানিগা লোয়ননা "নবুংঙো ঐসে তুরেল তরেং ঙিলা তরানিথোইগী ঈশিং থক্লবনি. নখোয়গুম্বদি য়েন্দুনা চাবা ঙম্বজাৎনি" হায়রুবদা অমত্তুনা থো-রা ঈশা শাদনা "নথীবোঙ চানিংঙাই লৈতত্তুনা কোয়চং চংচরগা" হায়রকই। ঙশেংবনি লংকৈ চংথোকতবা, চংনিংবগী অপাম্বা লৈতবা মীশিংদদি 'লমকোয় রারী' হায়বসি "লম্বোইবদা শমজেৎ পীবা" গুম্বনি।

মনিপূরগুম্বা চীংলোন কয়ানা কোয়শিন্দুনা মপানগী লমশিংগা শম্নদবা মফম অমদগী মপানগী লমশিংদা চৎপা হায়বসিমক হৈবোং মন্নুংগী তূমীৎ য়ূরান্না হৈবোংত্থু থুগায়বা মতমদা "সংসারসিদি উসারনিদনা" হায়, হায়নবগুম তোঙানবা মহাউ অমনি। মপান অমুক্তা থোকচদবী হন্নুবী অমা লাইফম চৎপগী মিংদা বৃন্দাবন্নচিংবা মফমদা চৎলুরগা হল্লকপদা ময়ামদা পাউ তম্বদা "মীগী তুরেল য়েংলুরগা ঐখোয়সিরাইগী তুরেলশিং সিদি খোংবানগুম্বনি হায়রৈ। থায়নগী মনিপুরগী লৈশেমলোনগী, লাইতীনগী রারী তাজবদা মনিপুরসিথক্তবু মতমত্তুগী মীশিংনা সংসার অমা ওইনা হায়বদি তাইবঙপান ওইনা লৌরম্মী মপানগী লমশিংবু উবা ঙমলমদে। মত্তুগী মরমদি মতমত্তুগী মীশিংনা মনিপুরগী মপান্দা চত্তুনা মফম অতৈংগী মীওইশিংগা থূৎশম্নবা ঙমলমদবদগীনি হায়নিংই।

লমকোয় রারী করম্না ইগদগে হায়বা ঐহাক থঙদে। অত্তুবু কনাগুম্বশিংনা হায়রৈ. লমকোয় রারীগী লাইরিক পারবদি মফমত্তু কোয়রুত্রবত্থু য়ারে। মসিদগী পাওত্রবা ঐগী রাখলদা ফাঙজরকপদি,

লমকোয় ৱারীদা য়াওরিবা মফমশিংহুদা লৈরিব মীওইশিংগী পুন্সী মরেল, য়ুমলৈ কৈরৈ, ফিজেৎ চাকচা, কলা সংস্কৃতিনচিংবগী মরমদা, পাবিরিব-শিংগী থস্মোয়দা খরদং ওইরবসু মনি ভাহনবা ঙমলগদি লমকোয় ৱারী ইজবগী মহৈ য়াল্লে। ৱাখল অসিগা লোয়নননা ঐগী লমকোয় ৱারী "কালিকটনা কৌরকপদা" হায়বসি ইজখিবনি। ঐনা নীংজরিবা পান্দমসি মপূং ফাব-ফাদবা অতুদি ময়ামগী মফমদা শিন্নজরে।

লমকোয়বা হায়বসি মুংঙাইবগী শরুক ঈয়াও-য়াওদে। অৱাবনা হেল্লি। পাঙ্গল ৱায়, শেলগী ৱায় মতম মাঙই। অতুবু পূক্লীংদা অনৌবা লৌশিং ফঙঙকপদা নত্তনা মীওইবা সমাজগী মরক্তা অ[illegible] ওইবা চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নবা, মরূপ-মপাং ওইবগী ৱাখল পোক্তুনা পূকচেল চাউথোকহল্লি। কোয়রিভৈদা থেংনখিবা অৱাবা খুদোংথীবা ময়ামদু ময়েং তারক্লবা মতমদা কোন্না তপ্না তপ্না মুংঙাইরকপনি। লমকোয়বসু নিশা অমগুম্বনি। কোয়বাহৌরুরগা মথং মথং কোয়নিংই।

ঐগী হন্দক খাভারতকী মফম খরা কোয়রুবগী খোঙচত্তা থেংনরকপা অৱা মুংঙাইগী মচল চাৱবা ৱারী মচা "কালিকটনা কৌরকপদা" হায়বসি লমকোয়না পামজবা ময়ামগী মফমদা লান্থোকচরে।

ঐগী লমকোয় ৱারী মচা অসিবু অমুক্তা পাবিয়ু হায়জরুবদা হরাও-হরাওনা য়'বীরকপা অমসুং ৱাহৈ খরদং ইবিরকপগীদমক ডাঃ শ্রী টি, এইচ, ইবোহনবী সিংহ জেঃ সেঃ মনিপুরি সাহিত্য পরিষত্‌পু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি। লোয়নননা মনিপুরগী বন্দ, করফ্যুয়ু, ছুটি ময়াম অসিগী মরক্তা লাইরিক অসিবু মতমচানা পুথোকনবা হোৎনবদা অকনবা থৌদাং লৌবীখিবা খোংনাংথাবা প্রেসকী মীওইশিংবুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

এল ৱামেশচন্দ্র

# কালিকটনা কৌরকপদা

## চৎনবা শেম শাবা

কুইরবনি খঞ্জরকখিবা— করম্বা মতমদা অমুক্তং খা ভারত্তা চৎচম্বা ফংগদগে ! মরূপ মপাংশিংদগী রারী তাবদদি য়াম্না নুংঙাইগদবা মাল্লি। মখোয়না হায়— "খা ভারত্তা মীনম শোরিবা, হুরান চীঙ্গী অমত্তা লৈতে, মখোয়গী চীঞাক ঐখোয়গীগা মান্নদে !" 'ঐখোয়না অরাং ভারতকী সহরশিংদা কোয়বদস্থু হোতেলশিংদা সাউদ ইন্দিয়ান ভিশেশ এভাইলেবল" হায়না থাবা উবদা মখোয়গী করম্বা চীঞাক্তো হায়বসি খঙনীংবা অমা পোকই। অরাং ভারতকী মরু৫ইবা সহরশিং, নোংচুপ-লোমগীনা বোম্বে, পুনে. গোরা ফাওবদি য়োৗজরুরে। দিল্লীনা ভারতকী কোন্নুং ওইরুবন, য়াম্না তোয়না চৎনবগী খুদোংচাবা ফংখি। কলকত্তানা অরাং নোংপোক্কী হেদ কাটর ওইরবগী ঐখোয়গী খোঙ্গাল হায়বত্থু ওই। অশুম্না হায়নৈ— ''কলকত্তা - কঙ্গাল্লোংকা", দিল্লী - দিলরালোংকা". বোম্বে - পৈশেরালোংকা।" লোইনা মহাও তংজরুরে। অদুবু খা-ভারত্তা চৎনবগী খুদোংচাবদি অমত্তা ফংজখিদে। ঈশান শেল পুখোক-চরগা চৎচবস্থু ওমদে।

হৌখিবা ১৯৯৪ গী ওক্টোবর তাং ২/৩ দা অন্ধ্র প্রদেশকী রাইগর দা "ওল্ ইন্দিয়া রিজনল রুরেল বেঙ্ক এমপ্লোইজ এসোসিয়েসন' গী জেনেরেল কাউনসিল মিটিং য়াওবা চৎলুই। মফমসিদি উরিয্যাগা তাইনবদা নক্না লৈবনিনা তশেংনা খা ভারতকী মহাওতু খঙবা ওমখিদে। হায়রিবা মীফমতুনা ১৯৯৫গী নবেম্বর থাদা তৌগদব জেনেরেল কনফরেন্স-তি খা ভারত্তা কন্যাকুমারি নত্রগা কোচিন্দা তৌরসি হায়না ব্লারেপ তানখি। মতমতুদগী হৌনা হায়রিবা কনফরেন্স অসিদি য়াওহৌদবা য়াদে হায়তুনা শীংতুনা লৈরকপনি। মতমতুদা অহানবা ওইনা থেংন-রকপা হায়ববু মতমতু তুর্গা পুজা মতমগী বাঙ্গাল অমসুং উরিশ্যাদা খ্বাইদগী চৎথোক চৎশিন্দা চিনবা মতম ওইবনা হল্লকপগী ত্রেনগী টীকেট রিজার্ভেসন ফংদবনা হল্লক্কবদি য়াদবনিনা, রিজার্ভেসন কম্পার্টমেন্তা ঐখোয় অরাং নোংপোক্কী মীহুৎ পুন্নমক কাখৎতুনা লেত্রিন মনাক্তা লেপ্লখি। মতুগীদমক টি, টি, লাক্লগা মীপুম খুদিংগী লুপা ৯০/৯০ ফাইন লৌখি। ঐখোয়গী অরাং নোংপোক্কী রেলরেদদি টীকেট পায়দবা যাত্রিক ময়াম অমসু তোংশিল্লি, টী, টী, লাক্লগা শেল খর য়েপ্লগা ঈয়া য়ানৈ। খা ভারতকী রেলরেদদি শুকয়া য়াদে ঙাঙনরুবা কান্নদে।

হায়রিবা, ওল ইন্দিয়া রিজনেল রুরেল বেঙ্ক এমপ্লোইজ এসো-সিয়েসনগী চহী অনী অনীগী ওইবা কনফরেন্স অসি নবেম্বরগী অরোইবা চয়োলদা "কালিকট" তা তৌরগনি হায়না জে: সে: দগী সারকুলার সেপ্তেম্বর ১৯৯৫ দা ফংখি। পাউ হেক ফংবগা চৎননবা শেম শাখি। ত্রেন টীকেট রিজার্ভেসনগীদমক গুরাহাতিদা লৈবা ঐখোয় অরাং নোংপোক্কী ষ্টেটশিংগী ইউনিট *N.E.R.R.B E F.* গী জে: সে: বাবুল বোরাদা শিন্নখি। অতুবু খুদোংচাদবা খর লৈবদগী অনিরক য়ৈথোক্তুনা অরোইবা

ওইনা ১৯৯৬ কী জান্নুঃ তাং ১৫-২৮ দা লেপখি। মনিপুরদগী ঐখোয় মী মবি চংনবা ৱারেপ লৌরে।

ঐখোয়গী তরেংশুবা বাইএন্নুয়েল কনফরেন্সকী য়ুম্নু ওইরিবা কেরলা গ্রামিন বেঙ্ক ষ্টাফ ফেদেরেসন্না মাগী রিসেপসন কমিটীগী ৱারোলদা অস্সুম্না ইরকখি— *LET ALL ROADS LEAD TO CALICUT CALICUT EXTENDS WARM WEL COME: HAIL AIRRBEA: HAIL•THE PATH OF STUGGLE: We are meeting in our 7th conference. in the historic city of Calicut, known for its hospitality; it was here that Vasco De Gama landed and give a warm Wel-come. Calicut is the birth place of T.U, movement in Kerala.* (লম্বী পুম্নমক কালিকটতা থুংলরসন্নু; কালিকটনা তবান্না ওকচরি; ওকচরি— এ, আই, আর, আর, বি, ঈ, এ, ওকচরি থেংনবগী লম্বীদা; মীওক মীচান হৈবগীদমক ইতিহাসতা মমিং চংলবা "ভাসকো-দে-গামা" না থুংলবদা তরান্না ওকশ্রবা. কালিকটতা ঐখোয়গী তরেংশুবা মীফমদা ঐখোয় পুম্নমক উন্নরগনি, কালিকট কেরেলাগী "ত্রেদ ইউনিয়ন অন্দোলন" গী পোক্লফমনি।

অসিগুম্বা রিসেপসন কমিটীগী ৱারোলশিং অসি উরুবদগী অমুক্কা হেন্না চংনীংবগী ঈখোলাংবা পোকখি। চহী চা কয়াগী মমাংদা লৈখিদ্রবা "ভাস্কো দে গামা" বু উবা ফংগদৌবোইকা খল্লি। অমরোমদনা মনিপুরগী পাল্লেপফম খঙদ্রবা পুন্সি. নোংমত্তা কাংদনা হাৎন-শুনবা. কাপনবা বোম পোকখায়বনচিংবা থোকলিবা থৌদোক ৱাথোকশিংদগী মতম খরদা ওইরবস্নু নাম্বোক্লীংবা অমসুং হুমিৎ ১৫ নিরোমদি শিররোই নাররোই-দৌবনি হায়বা ৱাথস অসিনস্নু চৎনিংবনা পোত্থাফম খঙলমদে। থুং থেক্নুনা মুমিত্তু য়ৌরকপা পাখি।

ঙাঙ্গন ঙাইন ম্মিত্তু য়োৌশিল্লকখি। ঐখোয় মনিপুর রুরেল বেঙ্কগী এসো-সিএসন অনি লৈ-ওফিসারগী, এমপ্লোইজগী। ওফিসার এসোসিএসনগী ঐ ইশামক ১ম্মুং পাউফুলুং কবুই জেঃ সেঃ (মতম ১গী শরুাইরবা নেসনেল ফুটবোল (প্লেয়ার) এমপ্লোইজ এসোসিএসন্দগী – সি;আইচ, ইন্দ্রমনি সিংহ জে সেঃ (লম্বোয় খোংনাংখোঙদগী) ২ম্মুং কেঃ এইচ মধুমঙ্গোল (তেরাদগী) ঐখোয় মরি চংপা তারে। গুরাহাটীদগী বাবুল বোরানা টেলিফোন্দা হায়বকই — অরাং নোংপোকী ষ্টেটশিংগী ওইনা পুন্না 'বাঙ্গলোর এক্স-প্রেস" তা তাং ২৩ দা রিজার্বেসন তৌরে। মুমিদাংগী পুঙ ১১,১৫।

তাং ২২-১-৯৬কী ইম্ফাল গুরাহাটীগী বস টিকেট লৌরে হায়বসিমথৈ পিঃকেঃ দগী তাবা নংতনা চৎলমদাইদা মাঙজোননা ঐখোয় মরি পুন্না উনবগী মতম ফংখিদ্রে, মরমদি ঐখোয় মরি তোঙান তোঙানবা ব্রাঞ্চশিংদা পোস্তিং লৈরগা চৎলমদাইগী মহৈ মহৈ মাগী মাগী থবক লোইশিন্নবা হোংননবগদা মতম ফংনখিদে। তাং ২০ অমম্মুং ২১ম্মু ছুটী ওইখোকখি। ঙৈ-পাউ ম্মন্না থঙনহৌদবগী মুংঙাইতহুনা তাং ২১ নোংমাইজিং মুমিস্তা পিকেঃ গী ময়ুমদা (কৈশামথোং) চৎলে। মহাকম্মু "হয়েং লংখৈ চথোক্কদবনি" হায়হুনা পোৎ-চৈ অরাং অপা লৈরুনবা বাজারদা থোক-খিরম্মে। ঐগাক মাবু ঙাইবা ওইনা মপাল কাংজৈবুংদা চথরিবা, মনি-পুরগী ফুটবোলগী ইতিহাসতা য়াম্না মরুওইবা মফম কল্লিব সিংসিং মিটকী ফাঈনেল শানবা য়েংবা ফংলরোইদৌবনি হায়বগী মুংঙাইজদবা অমগা লোইনননা অরোইবা ওইনা অমুক্তদি য়েংলমখিগে হায়হুন য়েংলুই। মুমিং অহুদা কলকতাগী মিলন বেথীগা ককচীংগী এস, এ ও, (সেনা এথলেটীক ওর্গেনাইজেসন) গা শান্নরম্মী। কলকত্তাগী তিমনা য়াম্না লাকচনা শান্নরবম্মু ককচীংগী টিমনা থোইরম্মী। হৌখিব তাং ২০ দম্মু কলকতাগী তালতোলাগা ককচীংগী জুবেনাইল ক্লবকা শান্নখিবদা কক-চীংগী তিমনা কলকতাবু মাইথীবা পীরম্মী। শান্নবা লোইরক্পদা

মুংঙাইমনগ্রতুনা ঐনা ফাগী ওইনা হায়রম্মী কুমশিদি কলকতাগী তিম অনীবু ককচীংগী তিম অনীনা লানবীরে" ময়াম রা নোকমিন্নখি। বোল লোইরগা পি. কে. গা উনরে। মহাক্না হায়রে— "হয়েং জি এম হোল মমাঙদা অয়ুক পুং ৬ তা রিপোর্ট তৌগদবনি" ঐনা থাজদনা হায়রম্মী, পুং ৬ হায়বসিদি ঐহাক ৭ তা য়ৌরক্লবা তৌগে"। পি, কে. না,— "খঙদে তামো ; টিকেত্তা রিপোটিং অন্নার পুং ৬ থাই"। "ফরে ঐনা থোকপা তৌরগে হায়রগা ঐহাক য়ূমদা হল্লে। য়ুম য়ৌবদা মুমিদাংগী পুং ৭ তাদৌরে।

ঈচাশিং ঈমৌশিংনা, "হয়েংদি বাবা থবক চথোক্কদৌরবনি হায়রতুনা, কদায়দৈনো খঙদে ঙা থোংলম্মী। ময়ামতু মরাঙ-মরাঙ মাগী-মাগী থোকপা পোৎ তপ্পরকই, "ঐগী সাড়ি, ঐগী ফুরীং, ঐগী মুগাফি লৈরকউ" ঐগী শেল লৈবা লৈতবা মখোয় খন্নরুদে। ঐনা হায়,— ঐ পোৎ লৈবা চৎপা নত্তে মীক্কম য়াওবা চৎপনি। চাক-ঈশিংগী থবক লোইরগা ঐনা পুগদবা ফিরোল পোৎকূপ চৈকুপ লোইনা থোরাঙ তৌশিল্লে মরমদি নোং ঙাল্লিবৈঙদা চৎপা তাই ঈম্ফালদা অয়ুক পুং ৬ তা থুংনবা, নোং ঙানবনা পুং ৫-৩০ দা। অহীংতু নে-না তানা তুম্বা য়াদে। অহানবা মীকপ থোকপদা ঘড়ী য়েংই, পুং ১২ তারে "য়াম্না ঙল্লি" অমুক তুমথৈ, মীকপ থোকই পুং ২ তারমলে, "খর ঙল্লি" অমুকস্থু তুমথৈ। অকোনবা মীৎকপ থোকপদদি পুং ৪ তারে। চপ চারে, হৌগৎলে, নোংদি ঙাল্লি, থাউমৈ থাংগৎলি, মৈ হৌগৎলে, ঈশিং শাহল্লে, উম্না থ্রং থ্রং তাবা মতমনি। ঐনা হৌগৎলগা লাঙবতুদা, ঈমৌস্থু, ঈচাশিংস্থু, মমাস্থু লোইনা হৌগতুনা মৈঙান্দা লমতু শেংবা লোইথোক্লে।

অয়ুকী অহানবা বস পুং ৫-৩০ গীদা পোৎ-চৈ হাপকৎলতুনা অময়-অঙান শিন্নবদা ঙাইরিঙৈদা, অহৈংবদগী ঙাকথোক্নবা ফুরীং মরোন

ময়োল, জরসি, কোট, মফলর, মথক্তা হাওফি অচৌবা অমা ইনশিল্লগা ঈয়ূম থাদোক্তুনা ঈম্ফাল তম্না হাঈগংলে। সোরোক্কী নাকল য়েংলোম মায়রোমদা ঈকং কংলবা লবুক লমহাংগী চরাখোক মথক্তা উম্না ফীঙো ফৌরী। যিঙ্গু'দগী খুং খিঙ্কং তিংথোকপদা ঈংবনা ত্রং-ত্রং চিংশিল্লি। য়োরে ঈম্ফাল, জি, এম, হোল মমাঙ অয়ুক পুং ৬-৩০ দা। ময়াম বস লাকপা ঙাইনরি। ঐখোয় মরিমক মথং মথং য়োনরকই।

(— মনিপুর থাদোকপা —)

ঐখোয়গী টীকেট কক্লবা "মনিপুর ভেলি ত্রেভেলস" কী গাড়ীদি লাকপা কৌবা লৈত্রে। অতৈ গাড়ীশিং লোইনা চংনখ্রে। বস ঙাইরিভৈদা খবর য়োনবা, চেফোঙ য়োনবশিংদগী খবর খর বস মঙ্গুংদা পাননবা লৌরে। পুং ৬ তা রিপোর্ট তৌ হায়বা গাড়ীহু পুং ৮-৩০ ফাঙবা লাক্লে। গাড়ী য়াই য়াদে তৌহুনা লৈরে! ঙসাই য়ুমদদি নংহৌরোই মতাঙুম অহীংদগী হৌগত্তুনা রানা শেম-শাখিবহু নিংশিংলুরগা খোয়দৌ শাউগংপা হৌরক্লে। ময়ামস্তু খর-খর শাউনবা হৌরে। ঐ ঈশামক্তি মতমবু য়াম্না লুনা খঙবা মীশক্নী। মনিপুরদা মতমবু ফাগী-ফারাং শিজিন্নবা উরগা প্রোক-প্রোক চাকচবা মীনি। ঐগা চংমিন্নরিবা পি, কে, স্তু য়াম্না শাউগনবা মীনি। অহুগীস্তু মথক্তা মহাক্তী ★নাগা ঙইবনা✱ চংখোক-চংশিন্দা সেক্যুরিটীগী য়াম্না লাঙতক্লবা অমস্তু মশাদা ফাওারবনি ঐখোয় পোত্থাফম খঙলক্লে। গাড়ীগী অঙাংশিংদা চৈবা, ঙাঙবা হৌরকলে।

পুং ৯ তারমদাইদা উচিন নাচিম্না বসতু লাকলে। ময়াম পুম্নমক পোৎ-চৈ থুনা হাপকংনরগা, ড্রাইভরদা থুনা চংসি হায়না লাউ-খোংবা

(মতম অসিদা নাগাশিংগা কুকিশিংগা ত্তেংথীবগী ইবাং লৈবমা)

হৌরকলে। পুং ১০ দা সেকমাইদা য়ৌরে। অরাদদি, ঐখোয়গী গাড়ীনা ঈকোন কোনবনিনা চাক কোয়নবা হোত্তেলদা লৈরমদ্রে। কোয়থি থিত্তুনা অরেম-অপা খর হাথু-হাথু নওহৌরোইদৌগুম চারে। অতুবু গাড়ীগী কাংবুদি থোরকত্রে। করি তৌরিবগে হৃংনরুবদদি হোত্তেলদা চাক লৈত্তবদগী অমুক নৌনা থোংকৎপতু মুনবা ভাইতুনা লৈরমলে। ঐখোয় মৈ হৌরে, পি, কে, সি হেন্না হেন্না লাওতক্লরে। অম্মন্না সেকমাইদা পুং ১১-৩০ তারে। য়াইঙং পোকপীদগী সেকমাই ফাওবা কি, মিঃ ৪০ চৎপদা পুং ৬ চঙথোকত্রে।

অম্মন্না লম্বী মতেকাসদা অম্মক য়াম্বা মতম মাওহনবগী মহুত্তা, পেসেঞ্জরশিং ময়ুম-ময়ুমদা চাক চানরগা তপ্না লাকচরগা ঈম্ফালদগী চপচানা, নুমীৎ খুদিংগী, হাথু-হাথু চৎপগী মহুত্তা পুং ১০ গী মহুংদা চৎলবস্মু হেন্দোক্না নংবা পোৎনি। মরমদি মসিদগী হাথু-হাথু চৎলগস্মু অরেম্বদা ডিমাপুরদা পুং ৩ মাওহন্দুনা লৈ। মুমিদাংল্লাই পুং ৫ দা থুংবতু পুং ৮ ফাওবা লৈথোকই। অতুদগী চৎপতুস্মু জোরা বাস্তা পুং ৪ তাপ্রিমখৈ চঙহন্দতুনা পুং অনীরোম লমখাঙদা পন্দুনা লৈথোকই। অতুনা মরকসিদা গাড়ী চৎপা ড্রাইভরশিংগা লম্বীদা হোটেল তৌবশিংগা চাউরবা অরোনবা করবারগী লৌতুনবা অমা লৈব্রা হায়না চিংনদবা উমদে। মুমিদাংস্মু লমখাংদা অচৗং নোংয়ায়দা চাক পীজনগী মহুত্তা ডিমাপুরদগী চৎখিবনা ডিমাপুরদা গুরাহাটীদগী লাকপনা গুরাহাতিদা পীজরগা খর থেঙনা পুং ৯/১০ দা লাকপস্মু করিস্মু কায়রোই খল্লি। মতুনা পেশেঞ্জরশিংগী খরচ হস্থহনবদা নত্তনা হকচাংস্মু খরা ফগনি।

ঐখোয়না মনিপুর থাদোকলমদাই অসিমক্তদা মনিপুরদা য়াম্না চাউরবা রাথোক অমা থোকহোই। গৌহাটি হায়কোর্টনা মনিপুর

পব্লিক সার্ভিস কমিসনগী মথক্তা এম সি. এস, অমসুং এম. পি এস, পরিক্ষাদা অরানবা শেমজিন-শাজিনবা তৌরম্বগী সাবাক ফাক্তোক্তুনা লৈবাক পুংজাউ থীনবা মতমনি। খবর কাগজ, চেফোং পুম্নমক পা-রুবদা এম, পি, এস, সিবু শাউদবা, চৈদবা য়াওদ্রে অমসুং থাজবা পোক্তে। শেমজিন শাজিনবদা মায় পাক্লবা কেণ্ডিদেটশিংগী মার্কতা ১০৪ মক্তুত্তা ১৯৪, ৮৪গী ১৮৪, ১০৯গী ১৭৯ ৬৮গী ১৮৮, অম্মুম্না কয়ামা

মনিপুরগী লৈঙাক সাসন্দা চাউনা দাইত্ব লৌগদৌরিবা, মীয়ামগী পুন্সী অমসুং লাইবক মখোয়গী খুবাক্তা শিন্নগদৌরিবা এম, সি. এস, অমসুং এম পি এস, কী পরিক্ষাদা কাওবা অসিগুম্বা ওইদ পাদবা. শেমজিন শাজিনবা, থবক তৌরগদি অতৈ মচা-মশু হায়স্কুলগী কলেজগী, মেত্রিকী, পি, ইউ, গী পরিক্ষাশিংদদি করি ওইরমগদগে হায়বসি খল্লুবদা অকিবা পোকই। লোইননা মনিপুরগী পরিক্ষাশিং থবক খনবগী ইন্টরভিয়ুশিংদা অচুম্বা অমফাওবা তৌরমগনি থাজবা ঙম্মক্তে। অদুনদি হন্দক মনিপুরদা অচৌবা ঈহৌ অমা শাগৎলক্তুনা লাঙ্গাও অমগুম হৌরক্তুনা লৈবাক কায়বা, সরকার কায়রবা য়াই হায়না পক্লীংদা খন্ন-খন্না মনিপুর থাদোকখি।

## — গুৱাহাতি থাদোকপা —

মথংগী সুমীং তাং ২৩গী অয়ুক অঙনবদা গুৱাহাটি ষ্টেরে ট্রেন থাগদবা মতমদি অহীংগী পুং ১১-১৫ দনি। শাংলবা মতমদি কদায়দা লৈগদগে খন্নবদা অনকপা হোটেল অমদা কা অমা রাক্ন

তারে। স্টেসন মনাক্তা লৈবা হোটেল এমবেসিদা কা অমা লৌরে। হুকচাং শেংদোক্লরগা পোৎ-চৈ পুম্নমক থমজিল্লম্লগা বাবুল বোরা উনবা চৎলে। বাবুল উনবদা খঙলে মহুদি মহাক্না হল্লক্লবগী টীকেট্তি লৌবিরমদ্রে। খুদক্তা রিজার্ভেসন কাউন্টরদা চত্লনা হংনবদা তাং ১৮ দগী ফংদবহুনা তাং ৩১-১-৯৬কী মদ্রাজ-হাওরাগী আর. এ. সি,দা লৌশিল্লে। লাইবক য়েংবীনি।

ঐখোয় টিকেত্তু লৌরবা মতুংদা, মধুমাঙ্গোলনা শেল শেগাইবা থরা, ঐনা থরা গুরাহাতিগী রিজার্ভ বেক্কংতা শিন্দোক্লবা পুরকপহু শিন্দোকসি হায়না চৎলে! মফমদুদা ঐখোয়না ঐখোয়গী কোক্তা খল্লমদবা থৌদোক ঙাক্তা থেংনরম্মী। ঐখোয়নদি মফমতু য়াম্না শেংবা হাবী-জাবী লৈতবা মফম ওইরগদৌবোই নীংলুবনি অদুবু ওম্মোকপা নোরোক্কী লৈবাক ওইরমলে। মসিদা নোংমদা লাকপা শেল শেগায়বা শিনবসি অঙকপনি। অদুবু অনৌবা লাকপশিংদগী স্টাপকা মান্নরগা কমিসন লৌহৌনবা হোৎনবা ঙাক্তা ওইরম্মে। ঐখোয় মরি "কিউদা" পুং ১০ দগী লেপ্লহুনা পুং ২ তারমদাইদা উচিন নাচিন্না মনা ১০/১০ দং শিনবা ঙমহৌই। মসিংদা কিউদা লেপ্লগা থবক্তা মখোয়গী খুৎচাবীশিংদগী য়েৎলোম মায়রোম লৌরিবৈদা কিউগী মীশিংদু মতম নঙহনদবা অদুগা কোন্না মখোয়না কমিসন লৌরগা লৌহৌবা মসিনা মখোয়গী মরু ওইবা থবক ওইরম্মে। অদুগুম্না থবক্তুদি তলব পীদ্রবস্থু মী লোইনা ওইনিংগনি।

ঐখোয়দি মনিপুরদা ঈংবগী মতৌদু তমহুনা ফুরীৎ অথাবা কোটকা লীতুনা চৎলুবদদি হুমাংনা পুঙলুপ লুপখি। নিংথমথা লোইরবোই নীংখি। মখোয়গী ওফিসকী মী খুদিং ফুরীৎ অথাবা অমত লীংনরমদে।

ঐখোয়গী মতৌত্থ মখোয়না মরিং-মরাং ওইনা উরমগনি খল্লুবদা ঈকাইরকই।

রিজার্ব বেঙ্ককী থবক লোইরকপদা মুংথিলগী পুং ১ তারে। ময়াম পুন্নমক চাক লাম্বনা হায়নিঙাই লৈত্রে। হোটেল চঙহুনা চাক চাখোক্লে। খবর পাহুনা ঙাইহাক পোখারে। মনিপুরগী হাংন-শুনবগী পাউ তাখিদ্রে অতুন্ আসামগী লোকেল পেপরশিং পারুবদা অসামগী ব্লোক অনিদা হাবী জাবী তৌরম্বা. ফণ্ড লাম্না শিজিন্নখোক্লুনা চিফ-মিনিস্টরগী রিলিফ ফণ্ডদা হাপ্লম্বগী রাখোক য়াওরম্বা থেংনবদা, ঙসাই রিজার্ভ বেঙ্কদা ঈমিংমক্লা শংশঙ উরকপহুগনা, করপসনগী থবকসি ঐখোয়গী স্টেটতদা নক্তুবোইরে খল্লুবদা খজিক্কুং অরাবা কোকপোই নীংই। হায়নবা লৈ,—
"মীগী মচা শিবা উরগা ঈচা শিখিবগী অরাবা মৈচাক খর হন্থে॥

মুমিদাংরাই ঙাহাক ফেন্সি বাজারদা কোয়খোক্লুই। হৌখিবা খঙহৌদে মতম। পুং ১০ তারকপদা চাক চাখোকলে। পোং-চৈ পুরগা স্টেসন্দা চংলে। ঐখোয় অর.ং নোংপোকী দেলিগেট — ১০০ রোমহু কোচ নং ৮ অমসুং ৯ দা তারে। মনিপুরগী ঐখোয় মরিদি ৯ দা তারে। খ্বায়দগী মনীংথংবা দাবানি। মহৈ মহৈ কাখৎনরে। মনিপুরগা, কাছারগা, মীজোরামগা পূল্লে। মীজোরাম রুরেল বেঙ্ককী মীহুক্তি নূপী-মচা অমথক লাকই। মাগী চৎমিন্ননবা মমান্নবা লৈতবদগী মাগী মচে "ট্রান্সপোর্ট" ডিপার্টমেন্টদা থবক তৌবী অমগা লাকমিন্নৈ। ময়াম ঈরাঙ লাঙনরিবৈদা ত্রিপুরাদগী কমঃ পিনাকি দেব লাকলগা হায়রকই, "কমঃ আর সিংহ! নহাক্না নূপীমচা অনীসিগী গারজিয়ান ওইরগদবনি, খূদিংমক নঙোন্দা শিন্নরবনি"। ঐনা খুমই. "মহুগী দাইত্বহু ঐমা লৌজরে"। মাগী মাগী মফম খঙদোক্লবা মরাঙ-মরাঙ

লাওনরিবৈদা পুং ১১-১৫ তাশিল্লকুনা ত্রেন লেওবা হৌরক্লে। গুরাহাতি থাদোক্লমলে। থেংজিন্নক্লবনিনা মহৈ-মহৈ তুমফম শেন্নরগা তুম্নরে।

# চৎখিবগী লম্বীদা

নোংঙাল্লকপদা নিউ কুচবিহার য়ৌরয়ে। অয়ুকী হকচাং শেংদোক্লরগা পুন্না ফমিন্নতুনা, শক্তাক্লতুনা, মাগী মাগী বাইও দাওা হংনতুনা তাক-থোক্লতুনা মখল মখা কয়াগী ৱারী শানরে। মিজোরামগী নূপী মচা অনীতুগী মমীং লালঙাইহাওমি পাচাও (*LALNGAIHAOMI PACHUAU*) অমসুং লালমীংমৱি (*LALMINGMAWI*) কৌই হায়বা খঙলে. ঐখোয়গী কা অতুদা নূপী মচা অনী লৈবতুনা মী ময়াম্না থোমজিন্নরকুনা ঙাইহাক্তসু হাঙবা লৈত্রে মী চিন্দুনতা লৈরে য়োৎচাবী মনাক্তা য়োৎ ময়াম নপশিল্লকপগুম।

ঐখোয় মনিপুরগী মরিগা মিজোরামগী অনীগদি ঈমুং অমত্তুগুম চাবা থকপা পুম্নমক পুল্লগা অমত্তা ওইনা অরৈ লৈত, শেৎন-থাইনতুনা চামিন্নরে। অরৈ অরৈবা পুথোক্লতুনা রাত্ত পাদ ঈমুং অমগুম ওন্তোক্লা চান্ন চিন্ননা মৈতৈ নাগা অমসুং মিজোগী অপুনবা ঈমুং অমা ওইরে।

নাকল অমরোমদনা ঐখোয়গী কোচ নং ৯ দা অসামী মচাশিংনা ধূলোক থিন্দুনা জগোই শাতুনা, ঈশৈ শকুনা নোক-খেতুনা ময়াম পুন্না থুবাক পত্রাক পত্রাক থুরতুনা অর.-অনা কাউপোকপা মথৈ হুর.উ-তয়াম্না চৎলি। ত্রেনগী নাকল অনীমক্তা য়েংথোকখিবদা অঙনফৌগী লৌহোন, অশংবা মনা মশাংগী লৌবুক য়েংবদা কয়াদা লুংঙাইথি। য়ুম লৈ

কৈরৈদি অসাম অমসুং বেঙ্গল ফাওবদি ঐখোয়গীগা হাইফেৎ মান্নরি। খুঙ্গঙশিংদা লৈবাক্না শাবা, চক্কনা কুপ্পা য়ুম মচা য়াম্না উবা ফংই।

ঐখোয় তরক্তি চাকচাবা খূদিংগী পুন্না পুন্না ফম্মিন্নদুনা অহুম-অহুম মায় ওনশিন্নরদুনা চামিন্নরে। করিশু হঙ্গোইবা তৌদনা মখোয়গী পুখম-দগী চাক ইনসাং ঐখোয়গীদা মখূৎনা পায়রগা হেক্তা হাপথরকই। খল্লূরগদি কয়াদা নুংশিরে, মখোয়গী চমজবগী মতৌদুদ। পূরক্তীংদা অস্নুন্না খল্লকই, "নুংঙাই য়াইফবা ঈমুংদা খৎনচৈনবা লৈত্তনা মনা-মনিন লৈত্রিবসি অরাং-অপা লৈতবদগী ওইরে" অস্নন্না নুমীৎ অমা অমুক হৌখিদুনা নূমিদাং পুং ১১-৩০ দা হাওরাদা থুংলে। হাওরাদগী ত্রেন মনীং মমাঙ ওন্থোক্লদুনা খ্বায়দগী মনীং থংলম্বা ঐখোয়না অমুক মমাঙ থারে। থেংজিল্লক্রবনিনা অতুম তূমথনখ্রে।

## খা ভারত্তা খোঙ থাংজিনবা

তাং ২৫ গী নোংঙাল্লকপদা উরিষ্যাগী বালেশ্বরদা থুংলে। অরাং ভারত খুংওইনরমলে, খা ভারত্তা খোঙ থাংজিল্লক্লে। হৌখিবা নুমীৎ নীনিদা অসাম অমসুং বেঙ্গলদা ত্রেন মন্নুংদা পোং-চৈ হচা-অথক য়োনবা হোকরশিংনা ক্লক-ক্লক ইন্নন চীক্ল চায়ন ঙমদনা ত্রেনগী দাবা খূদিংদা নাকোঙ য়ৈশিনবমখৈ লাঙঙম্বা লাউরম্বদু পুমচীক চীকখ্রে। মী-অমফাওবা মন্নুংদা চঙলকখিদ্রে হাওরা ফাওবদি দাবা খূদিংগী চা-লোনবা অমমম লেঙদনা লৈরম্বনি অদুবু ত্রেন হোংবম্নু নত্তবা চপ মান্নবদুদা খা ভারত হেক য়ৌরকপদদি পুমওন ওনখ্রে। স্টেসনশিংদা

অমোং-অকায়, অমাংবনা পীক-পীক থন্না লৈবত্থু মফমত্থুদা পীং পীং নান্না লৈরমলে। গুরাহাটি রেলরে স্টেসনদা অয়ুক নোংঙাল্লকপদা অমাংবা মপৈ-মপৈ উবা মনন্না থুক-থুক লাউবা পুক মথক্কা ওন্দুনা হুন্দোক্লে ভৌবত্থু লৈখিদ্রে। চাক্কী-ফিনিবা অমোং-অকায় লৈখিদ্রে। স্টেসন অমসুং লম্বী নাকল অনীমক্তা ইবা পোস্টর অমসুং মমিং থাবশিং মখোয়গী লম লমগী ময়েক অমসুং মরোলনা থারে, হিন্দী অমসুং ইংলিশ ময়েক উখিদ্রে।

মফম অসিদাই য়ৌরকপদদি শাবগী চাং য়াম্না হেনগৎলকখি। হকচাংদা ফিরোল থোংবা য়ারক্তে। ঐখোয়গী অথাবা ফিরোলশিংগী চরফম লৈদ্রে। ঐখোয়গী মনিপুরনা নিংথমথা ওইহৌরি। হায়বত্থু পুমক্নাউ কাউথোকখ্রে। ঐখোয়গী কাদা মিস পাচাউনা লাংপী দেহাংগী ক্রুরেল বেঙ্ককী নুপী দেলিগেট, কারবি আংলোংদগী লাকপী মিস অম্বিকা তেরোনপী *(Miss Aimbika Teronpi)* বুম্বু কৌশিন্দুনা ফনিল্লরে। পি, কে, য়াম্না ফাগী জোগাই, তৌগনবা, রাঙাং-শাঙাং হৈবা, দ্রো-দ্রো লাউবা মীগুইনি। মখোয়গী রারী কয়াদা হুংঙাইরে। ঐদি ঙাইহাক্তুং পোথাগে হায়না মথক্কা কাখৎলগা হিপলুবনি অদুবু মখোয়গী রারীদা হুংঙাইমনখিদুনা তুম্বা য়াদ্রে। তশেংনা মিশ অম্বিকাগী রাঙাং হৈবা, ইংলিশ লোনবু মমালোন্দগী হেল্লা শেংনা অমসুং থুনা লন্তনা ঙাঙথোরকপত্থু তাবদা কয়াদি হুংঙাইরে। মহাক "লাংপী দেহাংগী ক্রুরেল বেঙ্ককী ডাইরেক্ট ফিক্রেইট ওফিসারনি। মিজোরামগী মিশ পাচাউদি ক্লার্কনি। অদুম ওইনমক মহাকসু ইংলিশ ফজনা ঙাংবা ঙম্মী। মাগী মচেত্থুদি নোংমত্তসু রাহৈ অমা ফাওবা ঙাংদে তুমিল্লা লৈ।

ঐখোয়না হায়রগা মহাক্কা মণ্ডক নোমলগা লোইরে।

ঐখোয় মনিপুর মচা, মিজো অমসুং কারবি আংলোংদি শক্তা পুদাসু য়াম্না মান্নে। অমত্তা ওইনা উই। ঐখোয় মশেল মাগী-মাগী বেঙ্কশিংগী, ইউনিটশিংগী স্টেটশিংগী মরমদা রারী কয়া শানরকপদা করপসনগী রাকম য়াওরকই, হৌদোক্লরকই স্টেটশিংগী ভারতকী। ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিগী মমুংদা দিল্লীদসু হরালা য়াথোক্তা মরী লৈননা কেন্দ্রগী মন্ত্রি অহুম-বলরাম ঝাকর, মাধোব রাউ সিন্ধীয়া অমসুং ভি, সি, শুক্লানা ফম থাদোকখিবা মতমনি। অহুম রারী শান্নরকপগী পরীংদা মিস অম্বিকানা হায়দোক্লকই,—"অতুদি ঐখোয় করপসন কমিটি অমা শেমলসি" ময়াম পুন্না অমত্তা ওইনা রা লাউনা নোকখি। তশেংনমক ভারত অসি করপসনগী লায়নানা নারবা লৈবাক হায়বত্থু ওইরবনি। মসি খল্লুরগা রাদবা ঙমদে। মিস অম্বিকানা ঐবু "ফাদর" *(Father)* অহুগা মিস পাচাউ না "অপা" হায়না কৌই। মখোয়না নূপীনি হায়বগী অকি-অথং য়াওদনা থৌনাফনা, অসিগুম্বা লাপথ্রবা মফমদা কনফরেন্স য়াওরুগনি হায়না লাকপত্থ থাগৎনিংঙাইনি। মেঘালয়দগী নূপীমচা অনীগা ঐখোয় অরাং নোংপোকী স্টেটশিংদগী নূপী মচা মরি অসি-নস্তুনা অতৈ মফমদগীদি নূপী অমত্তা লাকখিদে।

অসুম্না অরা মুঙাই কয়াগী রারী শান-শান লাকপনা নুমিদাংগী পুং ৮-৩০ দা বিশাখাপত্তনম য়োরে। মফমসিদা অমুক ত্রেনগী মকোক-মমৈ ওন্থোক্লগা চৎলে ঐখোয়গী দাবা মনীং অমুক থংহৌরে। অতুনা স্টেসন খূদিংগী অচা-অথক নত্রগা পোংচৈ অমা লৈনিংলগদি খুদোংচাবা ফংদ্রে মমৈ নত্রগা মকোক্তা ওইখিবনা অমহা হেক্তা ওই, শাংগ্রবা দাবা ১৪ শাংবত্থুনা। বিশাখাপত্তনমদা চাক চারগা তুম্নখিবত্থুনা মথংগী নোংঙাল্লকপদদি মিজয়্যরাদা গুন্তুর মপং মথং য়ৌশিল্লকখি।

উরিষ্যা হেন্দোরক্কুনা, অন্ধ্রপ্রদেশ অমস্তুং তামিল নাড়ু য়োরকপদদি লৌবুক পুম্নমক অহাঙবা অমত্তা লৈত্রে। য়েথোকত্রিব ফৌগী ফৌবৈ, হৌজিক মুল্লবা খাওত্রিবা ফৌ, মরু লুকথরকপা. মহৈ য়াম্রিবা, ঈশং-শংবা অমস্তুং হৌজিক্তা লিংবদা ভাইরিবা ফৌগী পাম্বীশিংনা পীক থল্লি, মফম-সিদা চহী চুপ্পা লৌউবগী থবক লেপ্তুন পাঙথোকই। অতুনদি মফমসিদা চাথোক মরাঙকায়না পুথোকপা ঙম্বনিনা ঈনাকখুনবা মশানা তাই। ঐথোয়গী ত্রেন থুংগদবা অশেংবা মতমদি মদ্রাজদা অয়ুক্কী পুং ৭-৩০ নি অতুবু ঐথোয়গী ত্রেন্দু পুং ৭ থেংনা থুংবদগী অয়ুক্কী পুং ১১-৩০ দা য়োরে। মদ্রাজদগী কালিকট চৎকদবা ত্রেন্দুনা হাম্ননা পুং ১০-৩০ দা চৎখিরম্রে। ঐথোয় মদ্রাজদা কুমথদ্রে, থরা শাংনা চংশিল্লসি হায়না খন্নতুনা অতুম চৎলে। বঙ্গলোররোমদা চৎখিগদবগী লমখাই জালোর-পেটাই জংসন্দা কুমথরে মুংখিলগী পুং ৪ ৩০ তারে। মতুদগী মতৌ করম্না কালিকট য়োবা য়াগদগে হায়না খিবা য়াবা উপাই থিরে। অহীংদা মদ্রাজদগী লাক্কদবা ত্রেন্ন নোংয়াই মতুং পুংখায়দা জালোরপেটাই য়োরক্কনি হায়না রেলরেগী মীওইশিংনা তাকপিরে। কুইনা ভাইগদবা অমস্তুং থেংগদবতু য়েংতুনা বস অনী রায়রগা চৎননবা হোৎনবদা বস ফংত্রে। অতুন. ঐথোয় মী ১০০ গী মথক্তু মফমতুদা পুন্না ফমতুনা ভাইবা তারে।

## — জালোরপেটাই —

জালোরপেটাই তামিলনাডুগী মনুংদা লৈবা রেলরে জঙ্কসন অমনি! মসিদা পুং ৮ চুপ্পা ত্রেন লাকপা ভাইবা অরায়বা থবক নত্তে। স্টেসনদুগী

রেটিং সেত্তু ঐখোয়গী কাঙবুত্নুনা পীক থল্লে। মান-মান থোকপা পঙাকোয় কোয়নরে। ঐখোয়স্তু অকে য়বদা চত্নুনা য়েংবা য়াবা য়েংউরে। নুমিদাং পুং ৮ ৩০ তারকপা অত্নুরাঈদা হোটেলশিংদা চাক লৈত্র থিবা চৎলে। ঐখোয় থা ভারতদি চাক চাবা ফংলরোইদোবোই নিংলুই। অত্নুবু অঙকপদি হোতেল পুম্নমক্তা চাক লোইনা ফংলমই। হোঙবস্তু য়াম্না হোঙলম্মী। ঙা য়াওদবা চাক অমদা লুপা ৮ দনি অত্নুগা ঙা য়াওরগা লুপা ১২/১৩ দময়ক ওইরম্মী। ঐখোয় ময়াম হোতেলশিংদা চঙত্নুনা চাক চানরুরে। অঙকপা অমনা হোতেলশিংত্নুদা প্লেটকী মহুত্তা লা (লফুরা) দা চাক চায়। লা ত্তখায় অমময়া চাক্লক ওই। কাত্নুস্তু লারুংলোম্না মাঙলোমদা থংই। অহানবদদি ভরু রবস্তু কোম্নদি, কালিকট, মদ্রাজ, বঙ্গলোরদস্তু লাদা চাক চাবগী চৎনবী লৈরম্বদা মুংঙাইরে। জালোরপেটাইদা য়ুগী ত্নুকানসিং মরাঙকায়না লৈ অমস্তুং ঈকোম কোম্ন ফোংনা য়োল্লি। অসামি মচা য়ু থকপা পাম্বা থরদি ফজনা পায়শিল্লুরগা স্টেসনদুদা "বিত্নু" গী জগোয় ঈশৈ পুঙ থীন্দুনা লাংবত্নুদা রেলরেগী পুলিশশিংনা মী মরি মঙা ফাত্নুনা পুখি। ময়ামচঙনা ঙাঙনত্নুনা থাদোরক্লে। ঙাইহাক লৈরগা অমুক্তস্তু মখোয়মঙা ত্তরাক কে য়শিন্দুনা জ্বার শান্নরে। মত্নুদস্তু পুলিশনা মখোয়বু ফাত্নুনা পুখ্রে। লিদরশিংনা চঙত্নুনা কল্লা ঙাঙনরবা মত্নুংদা থাদোকপিরকই।

ত্রেন ঙাইরিঙৈত্নুদা থেংজিল্লকপত্নুদা রারত্নুনা নাকল অমদা থৈদোক্লগা খবর অমনবগী চেশিংত্নু থারগা শাংনা তিংথোক্তুনা হিপত্নুনা পি, কে ঈবান্নি পোখাত্নুনা লৈরিঙৈদা মিস অম্বিকাগা মধুমঙ্গোলগস্তু ঐখোয়গী নাক্তা ফম্নে। অত্নুদগী ঐখোয় মরি মাগী মাগী ঈমুং-মনুংগী ইতিহাস পুম্নমক শাবাক ফাক্নরে। পুং ১২.৩০ তারকপদ মতমচান ত্রেন

থুংলরভুনা ঐখোয় ১০০ হেনবত্থু মফম মরাং খঙনদমখৈ মা-মানা থোকপা কাখৎনরে। ঐখোয় ত্রিপুরা, কাছার, মিজোরাম, মনিপুরগী কাঙবুনা জেনেরেল কম্পার্টমেন্তদা কাখৎলে। ফম্বা ফংবোই ফংদবোই, খরনা ফম খরনা লেপ তৌতুনা চৎলে! পুং অনীরোম চৎলগা "সালেম" য়ৌরে ঐখোয়গী লুচিংবা বাবুলনা ঐখোয়বু কোচ নং ৭ তা লাকুবা খঙহল্লকপদগী মশা মশাগী পোৎ-চৈশিং পায়নরগা ঙাইহাক উইথনরুবগী মমীৎ ফাক্লি-ফাক্লি অহীংদুদা মিঃ ১০০ গী অকনবা লমজেন অমা চেন্নখি। ঙাইহাক্তং হিপ-থনতুনা উরো রোন তুমথনরবা মতুংদা "ঈরোদ" কে'য়ম্বাতুর মথং মথং লাম্হোরকুনা নোঙাল্লকপদদি কেরলাগী ঙমখৈ য়ৌরে। অয়ুকী পুং ১০-৩৫ তাবদা কালিকত্ত থুংলে।

## কেরলা

কেরলা — "কেরম" হায়বদি মলয়ালম লোন্দা ছুবী পাম্বী হায়বনি য়ূবী য়াম্না হৌবগীদমক কেরমদগী কেরলা কৌখি। হৌজিক্তি কেরলামম্বু *(Keralam)* কৌনরে। কেরলা ইতিহাসকী য়াম্ন লিরবা মফম অমনি। কেরলাগী অকাওবা ইতিহাসকার প্রোঃ কে. ভি, কৃষ্ণ অয়ার *(K.V Krisna Ayyar)* গী মত মতুংইন্না কেরলা অসি ৪০০০ বি, সি, *(4000 B. C)* দা মী তারম্বগী খূদম ফংই হায়। কেরলা ভারতকী খা-নোংচুপ্তা, আরব সাগর অমসুং পচ্ছিম ঘাত চীংশাংগী মরক্তা শাংনা শন্দোক্লুনা লৈবা, অপীকপা স্টেট অমনি। পচ্ছিম ঘাততগী সমদ্রু তোর্বাল্লোমদা ঙামথবা য়াম্না ফজরবা স্টেট অমনি। চহীচুপ্প অশংবা মনা মশীং অমসুং য়ুরী পাম্বীনা কূপশিন্দুনা লৈ।

চহী-চা কয়াগী মমাঙদগী মফমসিংগী মরূ-মরাং, আগর, উ বিমগী করবারগীদমক গ্রিস, রোম, আরব অমস্তুং বৃটেনগী মীশিংনা লাকখিবনি। মখোয়গী চাথাং-শৃথাংশিং মরুওইনা জিয়ুশিং অমস্তুং মুসলিমশিং হৌজিকস্থ লৈহৌরি। মফমসিদা ধর্ম্মগী নীং-তম্বা ফজনা লৈ। খৃস্টিয়ান ইশলাম হিন্দু ধর্ম্মগী ঈন:কথুল্লবা সংস্কৃতিগীদমক পৃথীবি ফাওই। লমদম অসিগী মী পুম্নমক শূবা-নোম্বা কল্লি। কেরলাদা ১৯৯২ দা মীপুম খুদিং লাইরিক হৈবগী মিংচৎ ফংখি। মফমসিগী য়ুমলৈ-কৈরৈ য়েংবা মুংঙাই। খুঙ্গঙগী য়ুমশিং পুম্নমক শুমাঙ, য়েনখা-য়েংখুন য়ুবী পাম্বী অমস্তুং উজাউশিংনা কোয়শিল্লি। মসি অশাবা ঙাকথোক্লবা ওইবা তাই। কেরলাদা তিন্না কুপ্পা য়ুম অমত্তা লৈতে। কেরলাদা নত্তনা খা ভারতকী মফম পুম্নমক্তা তিন্না কুপ্পা য়ুম অমফাওবা লৈতে। য়াম্না লায়রবশিংগী য়ুমদা য়ুবী মনা, উনা-শীংন ন কুপ্পী। অয়াম্বনা চেক্কী সাত নক্রগা লৈবাক্তা শারগা তাইলসনা মথক কুপ্পী। ময়াম্না য়াম্না পাম্নরবা রারীগী মত্তুংইন্না, "ভগবান্না ফত্তবা লিংখো ময়াম হাত্তোক্লগা 'পরশুরাম' ওইনা অবতার তৌরবদা মহাক্কী শীঙজংতু সমুদ্রদা হুন্থখি। শিঙজঙতুনা সমুদ্রদগী ফাওগৎলক্লুনা ফজরবা ঈনাকথুল্লবা লৈবাক কেরলা ওইরকখি।

# কালিকট

জালোরপেটাইদা ত্রেন ঙাইরিঙৈদা, কালিকট য়ৌগদবা কয়াম রাংলিবগে খঙনিংহুনা রেলরেগী বুক স্টোলদগী কেরলাগী মেপ য়াওবা তুরিস্ট গাইদ লাইরিক অমা লৈরগা য়েংউবদদি কালিকট য়াওরমদ্রে।

ঐখোয়না কালিকট কোয়থি থিবছুদ পি, কে, না ' কোজিকোট" থারি-বসি কালিকটনি মমিং হোংদোকখ্রবনি হায়রকখি। অশেংবনি চহী খরস গী মঙ্গুংদা খা ভারত্তা বৃটিশকী মতমদা থোল্লমবা লমশিংগী মমিং-শিং মা-মাগী মরোন্দা রাহঙ্গোক্কা চাননা অয়াম্বা ওন্থোকখ্রে। খূদম ওইনা,— কালিকটনা-কোজিকোট, ত্রিচুর-থ্রিশুর, ত্রিবান্দ্রম-থিরুভানন্ত-পুরম অসিনচিংবা মসিদা নত্তনা এদভরটাইজমেন্ট, পোস্টার খূদিংদা মরমগী লোন অমস্তুং ময়েক্কা ইরম্বা অসিনা, খা-ভারতকী মীশিংসি মমারোল অমস্তুং ময়েকপু য়াম্না হেন্না ঙুংশিবগী খূদম্নী। ঐখোয় মনিপুরগীদি ওসি ফাওবা ঈশাগী শক্তম, ঈয়েক, ঈরোল অমস্তুং ঙমখৈগী ফাওবা লৈখায় তাদনা চয়েৎনহুনা লৈরি। হায়গী বৃটিশশিং অমস্তুং ময়াংশিংনা থোল্লম্বা মিংশিং ঈরোন্দা ওন্থোকপদি লায়রহুনা অনৌবা লম মমীং থোনবা পুম্নমক মীগী মরোন্দা ঙাক্তা ঈশাগী লোন লৈজদবদোন থোন্নরি। খূদম ওইনা, নিউ হেভন, মরিংলেণ্ড, নিউজীলেণ্ড, চশাদ এভিনিয়ু জোমিভিলা অসিনচিংবা। অসিনদি মতম খরগী মঙ্গুংদা ঈশাগী শক্তম মাঙখিবা তাবনি।

কালিকট হায়বসি কেরলাগী জিলা অমনি। মতম অমগী মপাঙ্গল মখোনা লৈরবা "জামোরিন" শিংগী কোন্নুং ওইরম্মী। মফমসিগী কপ্পাদ (*Kappad*) তনা পৃথীবি ফাওরবা লমকোয়বা অমস্তুং অনৌবা লম পুথোকপা "ভাসকো দে-গাম." না ১৪৯৮ দা থুংলখিবনি। মমৈদা ডটচ শিং ফ্রঞ্চ অমস্তুং বৃটিশশিংনা ললোনবা লাকখিবনি। মফম অসি, হিশাবা উগী ইণ্ডস্ট্রি অমস্তুং ঐতিহাসিক ওইরবা লাইশঙ অমস্তুং চর্চশিংগী-দমক মমীং চংলি। মফম অসিমক্তদা কোমরেত পি, কৃষ্ণ পিলাই অমস্তুং অবদুরহিমান সাহেবনা বৃটীশশিংগী সম্রাজ্যবদি অমস্তুং কোলো-

নাইজেসনগী মায়োক্তা অকনবা ঈহৌ শাগৎখি। সহর অসিদা সাহিত্যগী অথোইবা মনা জ্ঞানপিঠ এরার্ড (*Janpith*) কী লূহুপ উপপ্রবা শরাইরবা অইবশিং এস, কে, পোলেকাত (*S K. Pollekat*) অমসুং এম, টী, বাসুদেবান নয়ার (*M. T. Vasudevan Nair*) না মপাল নাইত্রবা মমল য়াম্লবা চৎনবী, সংস্কৃটী অমসুং সাহিত্যগী যুমফম থোল্লম্বনি।

ঐখোয়গী মীফমতুগী (প্রোগ্রামদি) থোরম পরেংদি তাং ২৫ দগী হৌবনি। তাং ২৫ দা সেন্ত্রেল কমিটিগী মীফম, ২৬ কী অয়ূক পুং ৮ দগী ওপন সেসন, নুংথিল পুং ২ দা জেঃ সেঃ গী রিপোর্ট, তাং ২৭ কী অয়ুক্তগী দেলিগেট সেসন হৌগদবনি। অদুবু ঐখোয় অরাং-নোংপোক স্টেটশিংগী দেলিগেটশিংদি তাং ২৫ অমসুং ২৬ কী থোরমশিং য়াওবা ফংহৌদ্রে। ২৭ কী নুংথিলদগী য়াওবা হৌরে। হেক য়ৌরগা রেজিস্ট্রেসনগী থবক লোয়রগা ঐখোয়গী লৈফম "হোতেল রোয়েল পেলেস" তা থুংলে। ঈরু মাইথরগা রেলরে ষ্টেসন্দা হন্নবগী টীকেং ফংত্রা য়েংলে। টীকেট রিজার্ভেসন অমত্তা ফংবা ঙমদ্রে। মদ্রাজদগী তাং ৩১ গী নুমিদাং পুং ১০·৩০ দা থাদোক্কদবনিনা তাং ২৮ গী অহিংদগী তাং ৩১ ফাওবা কদাইদা লৈসিগে হায়বসি ঐখোয় মরিগী অপুনবা মীফম অমা ফমলে। ঐনদি কন্যা কুমারি রোমদা হায়থপ্রগা, মদ্র জরোমদা অমুক হায়গৎ-লকপগী রাফম হৌদোকপনি অদুবু শেল-থুমগী ফীভমগা মদ্রাজদগী হান্না টীকেট লৌশিল্লরগনা মরম ওইত্তুনা, ঐখোয় অহিং অহিংদা বস তোংদুনা চৎপা নুংথিল নুংখিলদনা লম কোয়বগী রাফম য়ানরে অদু।

বঙ্গলোররোমদা ফাওখ্রগা মদ্রাজ চংপদা লেপ্পরে।

কালিকট সহর মনুংগী চৎথোক-চৎশিন খুদিং ওটোরিকশোদা তৌই।

সাইকল রিকশো অমত্তা লৈতে। ভারাগী রা ঙাঙননিংঙাই লৈতে। মিটরদা তারম্বা শেনফমদগী শিকি অমা হেন্না লৌদে। অতুগা মী অহুমদগীস্থ হেন্না তোংবা য়াদে। নিয়মতু কয়াদা ফজনা ঙাকখ্রবা! ঐখোয়সিদা তৌরিবসিগা য়েংনরুবদা ওস্থোক্লা নোক্লীংগ্রে। সহরগী মফম পুন্নমক চেক্কী ফজরব চেকপল ঙাক্তুনি, চেকপলশিংতুদা ফজবা পোস্টরনা পিক থল্লি।

ঐখোয়গী মুংখিলগী সেসন পুং ২ দগী ৮ ফাওবা য়াওরে। হন্দক্কী কনফারেন্স অতুদা ভারতকী স্টেট ২০ গী মীহুৎশিং য়াওই। য়াওদবা স্টেটশিংদি গোৱা, পোণ্ডিচেরি, সিকিম অমসুং মহারাস্ট্রনি। ভারতকী নোংপোক-নোংচুপ, খা-অৱাংদগী শক-চু, লোল, ফিজেৎ চাকচা মান্নদবা, হিন্দু, মুসলিম, খৃস্টিয়ান পুম্নমক্লা অমত্তা ওইবা ৱাখলগা লোয়ননা কালিকটকী সি. ঐচ, মহমদ কোয়া (*C.H. Muhammed Koya*) ওদিতোরিয়মগী হোল মমুংদা “অপুনবনা পাঙ্গলনি” হায়বতু উংথি। হৌজিক-হৌজিক ভারতকী কাচিন কোয়া খূদিংদা মরুওইনা অৱাং নোংপোক অমসুং নোংচুপকী স্টেটশিংদা মচেৎ তানিংবগী ঈহৌনা লৈবাক্কী অপুনবা শক্তমদা কিহল্লক্লিবা অমসুং আইন-ঙাকপদা অকায়বা পীরিবা অসি য়েংলগা, ঐখোয়গী অৱাং-নোংপোক্কী লুচিংবা অমা ওইরিবা বাবুল বোরানা “নেসনেল ইন্তিগ্রেসন” গী মোসন অমা ‘প্রাইভেৎ মেম্বর রিজোলুসন’ ওইনা পুখৎলকখি। মীয়ামতুনা ৱাফমতু শৌগৎলতুনা খূনাক খূবকপগী লোইবা নাইখিদে।

ঐখোয় অৱাং নোংপোক্কী মীহুৎ ওইনা মিস অম্বিকা, মিস পাচাউ, ত্রিপুরাদগী রুদ্রপাল, নচিংবনা দেলিগেৎ সেসন্দা শরুক য়ারুই। অহানবদা মিশ অম্বিকাগী মিং লাউথোরকপদা, অতুক য়াম্বা ভাবোক

অতুগী মরক্তা অরাং নোংপোক্কী ত্রাইবেল নুপীমচা অমনা করি রা হায়রকপা ঙমগদৌরিবনো খনবদা লাংতক্লবা মীয়ামতু চেক-মোক লাউদনা মনাকোঙ থাঙ্গংতুনা ঙাইনখি। অচৌকপতু থুগায়রতুনা মশক-মতৌ চঙখোল্লবী অম্বিকানা কোকিলগী খোঞ্জেলগুম মেঙলবা খোস্থোক্তো, লৈয়েংদা সরস্বতি ফম্বগুম্না, অতৎপা লৈত্রবা ব্রহ্মপুত্রগী ঈচেলগুম মীফম অতুগী থৌদাং অমস্থং পান্দম শীংথারতুনা ঙাঙলকপতু তাবদা পুম্নমক্কী থাজবগী মায়োক্তা মীয়ামতুগী থম্মোয় শুমহৎখি। প্রেসিডিয়মগী মেম্বরশিংস্থ ঙকপগা লোইননা মখোয়গী মীৎয়েংতু অম্বিকাদা থমখি। রা ঙাঙবা লোইশিল্লকপদা খূবাক খুরকপগী মখোলনা হোলতু কায়রদৌবোই নীংখি।

পুং ৮ তাশিল্লকপদা মুংথিলগী মীফম লোইশিল্লগা কলচরেল প্রোগ্রাম তৌরগনি হায়না প্রেসিডিয়মদগী লাউথোরকপদা ঐখোয় মৈতৈ মচা মরিদি সমত্রু তোর্ব্বান্দা কোয়রুসি হায়তুনা কিঃ মিঃ তখ্যায়মুক্তং চৎলগা লৈবা "বিচ" তা চৎলে। সোল লেম্প পরেংশানা থান্দুনা লৈবা সমত্রুগী তোর্ব্বান্দা অইংবা মুংশিংকা লোয়ননা ঈথক কারকপা য়েংতুনা ঙাইহাক পোত্থারে। য়েংবগী পেনবদি নাইদে, থেঙল-থেঙলগা মী য়াম্বা হেঞ্জিল্লকই। পুং অমরোম লৈরগা মিটিং হোলদা অমুক হল্লকপদদি কলচরেল প্রোগ্রাম লোইরমগ্রি। আসামদগী কাঙবু অমনা মখোয়গী "বিহু" গী জগোয় উৎলম্মী। মিজোরামগী মিশ পাচাউস্থ মহাক্কী মিজো মরোন্দা ঈশৈ অম্না লাম্থোকখি।

কালিকটতা লাক্লগ কপ্পাদ *(Kappad)* য়েংত্রবদি মপুং ফারোই খয়রতুনা তাং ২৮ গী অয়ুক য়াহৌবগা, স্টেসন্দগী কিঃ মিঃ ২২ লাপ্না লৈবা, কপ্পাদ তা বস তোংতুনা চৎলে। মফমসিদনি ১৪৯৮ দা "ভাসকো ডে

গাম।" না অচানব থুংলখিবা। মুমিং থর কাখৎলকপা মতমফুদা সমদ্রু মপান্দা লেপ্লগা য়েংবদা, অরাপ্পদা সমদ্রু ময়ায়দা ঙা ফাবগী হি মচা-মচা তাউহুনা লৈবত্ন অরংবা কোঙ্গোল তাউবগুম কয়াদা ফজরে। তোর্ব্বানদগী খজিক্তং হায়গৎলগা য়ূবী পাম্বীশিংগী মরক্তা নূঙগী য়ুম্বী অমদা অম্মুম্না ইহুনা লৈরম্মী—*Vasco De Gama Landed Here In The Year 1498* (ভাসকো ডে গামানা মফমসিদা ১৪৯৮ দা থুংলখি।)

মফমত্নুদা লৈরম্বা অঙাংশিংদা ঐনা, "নখোয় ইংলিশ খঙব্রা, নখোয় হিন্দী খঙব্রা" হায়না হংবদা, মখোয়না "খঙদে" খুমলম্মী। ঙাইহাক লৈরগা পাখঙ অমা লাকই। মাবু উবদা অঙাং অমনা, "মাদি ইংলিশ খঙবনি *M. A.* নি" হায়রম্মী, ঈবানি ঙাইহাক রারী শান্নরম্মী।

— নহাক ইংলিশ খঙব্রা ?

— থর থর খঙই।

— মখোয়নদি নং এম, এ. নি হায়, অহুগা থর খঙই হায়রিবা করিগীনো ?

— ঐখোয়গী মলয়ালম লোন্দা তম্বনি।

— নঙ হিন্দীদি খঙব্রা ?

— খঙদে।

— করিগী খঙদ্রিবনো ? হিন্দীদি ভারতকী রাষ্ট্রভাষানি।

— ঐখোয়দি ক্লাস (V) ফাওবদমক তমলকই, অহুনা হৈত্তে।

অম্মুম্না রারী কয়ামুক শান্নহুনা কপ্পাদ থুঙ্গংগী মরমদা হংবদা মহাক্না শীরকপা পাউগী মতুংইননা, কপ্পাদ হায়রিবা থুঙঙ অসি "শিমনচেরি" গ্রাম পঞ্চায়েটকী মম্নুংদী লৈবা অপীকপা মীশিং ১০০০ মুক

তাবা খুঙ্গঙনি। লৌউবা অমসুং ঙাকাবনা মখোয়গী মরুওইবা শিনফমনি। মখোয় চাক অমসুং তল চায়। যুমলৈ-কৈরৈ ময়ায় ওইনা মুংঙাই য়াম্না লায়রবা লৈতে। কালিকটতগী কপ্পাদ চৎপগী লম্বীদা কোরাপুজা (*Korapuzha*) কৌবা তুরেল মচা অমা সমক্রুদা তিনখি। নিম মহীগুম ফজবা ঈচেলতুগী তোবর্বান অনীমক্তা মশা শীৎ নাম্না য়ুবী পাম্বীনা চগুংননা হৌবচু য়েংবদা মতুমুক ফজবা দৃশ্য লৈত্রবোই নীংই। ঐনা পাখঙ মচাহুদা নওগী মিং ইয়ু হায়না চে-কলম পীবদা মানা ইরকই,—
"*Vinesh N. V.*"

কপ্পাদ য়েংলুরবা মতুংদা ঐখোয় মিটিং হোলদা চঙতুনা দেলিগেত সেসন ভাইহাক য়াওরে। অয়ুক্তা লোইরে। ঙুংখিলগী সেসনদা মথংগী জেনেরেল কাউন্সিল অমসুং ওফিস বিয়ারর খনগদবনি। অয়ুক্কী সেসন লোইরকপা ঈরোয়ননা ঐনা সাউদ মালাবর গ্রামিনা বেঙ্ককী ওফিসার অমা ওইরিবা মিঃ গুটাম এম ভি (*Mr. Gutam M.V.*) উন্নতুনা কালিকট কী মরমদা খঙনিংতুনা ৱারী শানৈ।

— কালিকটকী খ্বায়দগী শাবা মতমদি করি থাদনো?
— এপ্রিলদগী মে ফাওবা, মতমসিদা সেনসিয়স ডিগ্রী ৩৫° ৩৭° শাই।
— খ্বায়দগী ঈংবা মতমদি?
— ডিসেম্বর অমসুং জানুয়ারিনি ডিগ্রী ২০°–২৫°
— অতুদি নিংথম লৈত্রেনঃ?
— হোয়?
— মফমসিগী মরুওইবা শিনফমদি?
— লেউবা অমসুং সরকারগী থবক; মীশিংসি য়াম্না নোম্বা কল্লি।
— নূপীশিংগী শিনফমদি?

— চপ মান্নে।

— খুঙ্গঙগী য়ুম্বাল কমদৌই ?

— ময়ায়ওইনা ফে, য়াম্না লায়রবা লৈতে।

— জাতি মচা কয়ারোম লৈবগে ?

— কুনগী মথক্তা লৈ।

— লোল তোঙান তোঙানব্রা ?

— তোঙান্দে, মলয়ালম খক্তনি।

— পোথোক্তি করি করিনো ?

— চেঙ, রবর, য়ুবী, কাজুবদাম, লযোায় অমসুং মনা মশীং।

— খোংদগী থোকপা পোৎ করি করিনো ?

— লৈতে।

— ঐখোয়না 'ভুগোলদা' সনা থোকই হায়না তাথি।

— হৌজিক্তি লৈত্রে।

— নখোয়গী বেঙ্ককী লোন শিংবগী চাংদি কমদৌই !

— চাদা ৮০ দগী ৮৫ ফাওবা চহী খুদিংগী কারকই।

ঐখোয়দি বেঙ্কতা থবক তৌবনিনা লোন ফজনা শিঙ্গৎলকপগী রারীসি খ্বায়দগী হেন্না মুংঙাইজে। সর্গী লৈবাক হায়বহু মসি ওইরবনি ঐখোয়গীদমক্তী। ঐখোয়গী মনিপুরদদি মশানা শিংগৎলকপদি লায়রদনা কন্থী থোকপ মথৈ-থৌনবদা অমফাওবা থোক্তে। লোন শিংবগী চৎনবী লৈতে ঈকাইবা খঙনদে। খ্বায়দগী চাউবা অচৌ-অশাংদগীনা লায়রবা ফাওবা মীপুম খুদিং লোন শিংনিংবা য়াওদ্রে।

মুংখিলগী মীফমদা মীথলগী রাফম লাকলে। মাগী মাগী স্টেটকী, ইউনিটগী মীহুৎ থাগৎলকনবা কৌরে। মনিপুরগীদি য়েৎননিংঙাই লৈতে,

ওফিসারগীদা ঐহাক. এমপ্লোইজগী দা ইন্দ্রমনিবু জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর অতুগা পি, কে, বুনা সেন্ত্রেল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইনা খল্লে হায়না লাউথোরক্লে। অতৈ স্টেটশিংগীসু ইউ, পি. নত্তনা য়েৎনবা লৈতনা খল্লে ইউ, পি, দি খরা চাউবনিনা খল্লিক্কং বেরা তৌনৈ অতুবু তাইশিন্নহুনা অতুম লোইশিল্লে। ঐখোয়গী মীফম লোইরবদা হল্লকপগী খোঙবুদদি লোইনা চাইথোক্লরে। মানা মানা পাম্বা মকমদা চৎনবা তারে, অয়াম্বনা বন্যাকুমারিদা চৎনখি। ঐখোয় মরিসু মুমিদাং পুং ১০-৩০ তাবদা মতম খরগী চান্নবী কালিকট থাদোক্লমলগা অনৌবা মরূপ বঙ্গলোর তম্না খোঙশাল্লে। হোলদগী থোক্লরকপদা পি কে না মিস অম্বিকাদা মখূৎ শোক্লগা হায়রম্মী— নহাক "অরাং নোংপোক্কী সরোজিনি নাইডু" নি। অম্বিকানা নোকফেৎ তৌরগা, "ঐবু পঙঙ্‌ঃ থাগৎপীগনু" হায়রকই।

## —বঙ্গলোর—

তাং ১৯ গী অয়ুক পুং ৭-৩০ নোং হেক ডাল্লকপদা শকহেনবী বঙ্গলোর উনরে। "বঙ্গলোর সিটি" থাবা অচৌবা রেলয়ে স্টেসনগা ঈরাপ লাপ্পদনা সেন্ত্রেল বস তরমীনস লৈ। য়ৌবগা অনকপদা লৈবা 'সুবেদার চেত্রাম রোদ' তা লৈবা সিতা লোজ' দা কম নং ২১৫,২১৬ লৌরগা লৈরে। মথংগী মুমিদাং পুং ৯-৩০ দা চৎকদবা মদ্রাজগী টীকেট "দুর্গা ত্রেভেলস" দগী লৌশিল্লে। হকচাং শেংদোক্লে, মপান্দা থোক্লুনা লম্মীৎ-তুম্মীৎ য়েংলুরে। চাক চাথোক্লরগা ভাইহাক্কং পোত্থানরে। মখোয় অঙম্বদি মুংঙাইনা তুম্লে। ঐদি মুংথিল তুম্বগী হৈনবী লৈতবনা লাইরিক পাদুনা লেনখি।

মুংখিলগী পুং ২ তারকপদা হৌগৎনরক্তুনা সহুরদা কোয়বা চৎলে। বস তমীনসতগী বৃগেট রোদ চৎলবা বস অমা ফারগা চৎলে। বঙ্গলোরগী খ্বায়দগী চাউবা অমম্মুং হুংঙাইবা মফমদি বৃগেট রোদ অমম্মুং মহাত্মা গান্ধী রোদনি। পোৎ-চৈ লৈগদবা খরা লৈনরে। "ফিফত এভেনিউ সুপর মার্কেত্তা (5th Avenue Super Market) চঙক্তুনা পোৎ-চৈ অপাম্বা য়েংলুই। মখল খুদিংগী ফজরবা পোৎ-চৈ, অরু-অহেব য়োল্লি। মথোন অহুমগী হুকান্নী। মখাদা ঈপুরমনিগা পি. কে. গা ঙাইবা ওইনা মধুমঙ্গোল ঈবাম্মি ফমলিঙৈদা মশা পাবী, মরেপ ব্রাংবী মশম তেনবী. মঙ্গোলিয়ান লৈশাবী অমা মতোমতা লাক্লগা ঐখোয়গী নাক্তা ভুমিন্না ফমলখি। পি. কে. সু কুমথরকই! হেক লাকপগা হেক্তা হৌই। মসি লৈশাবীশি কদায়দগীনো হংসিদো হায়নরগা মানা হৌরকই, "অদোম কদায়দগী লাকপনো?" নূপী মচাক্তুনা ঈতপ তপ্না খুম্নকই. "জাপান্দগী লাকপনি" পি, কে,না হংলুই "ঐখোয় পুন্না ফোতো কাপসি হায়ববু চিংনব্রা? মোমোন নোক্লগা লৈশাবীক্তুনা হায়রকই, "য়াই করিস্নু কায়দে" ঐখোয় পুন্না ফোতো নমলে। মখল কয়াগী রারী শারে। ঐখোয়না "ঐখোয় মনিপুরদগী লাকপনি. মনিপুরদা চহী খুদিংগী জাপানগী মী য়াম্না লাকই. পৃথীবিগী অনীশুবা লাঙ্গাওদা জাপানগী মী য়াম্না মনিপুরদা শিখি—" অসিনচিংবা রারী শাবদা মাস্মু পুক্লীং চঙনা তারে। ঐনা খঙনিংনা হংখি,

— নহাক মফমসিদা করিগী লাকপনো?

— "সাই বাবা" উনবা লাকপনি।

রাফমসি ভাবদা ঐহাক য়াম্না নোক্লীংখি; মরমদি— "সাই বাবা' গী মরমদা কত্তব রারী কয়ামরুম তাখ্রে। ঐনা খঙনিংনা হংখি,

— নহাক সাই বাবাবু থাজব্রা ?

— হোয়,— থাজৈ।

ঐখোয় পুন্না নোকমিন্নৈ। অমুক্সু হংলুই,

— নহাক নতোমতা লাকপরা ?

— ঐগী ঈচে অমা ইণ্ডিয়াদা লৈ। মাগী মনাক্ত লাকপনি, হৌজিকসু লাকমিন্নবনি, ঐহাক মাবু ঊাইরিবনি।

— নহাক্কী করি থবক তৌবগে ?

— আই, এ, ঈ দা তৌই (*I. A. E-International Aero Engineering*)

— "নঙগী মিং অমুক্তা হায়রম্মু" (চে কলম পীশিল্লি)

— করিগীনো ?

— ঐহাক লমকোয় ৱারী অমা ইগে খল্লি, করিগুম্বা ইরবদি নঙগী মিং হাপকনি।

মহাক্না হৱাউ হংাউন কলমদু পায়রগ ইরকই— *Nori Omori, 6-25-1001 Shinagawa, Tokyo, Japan* ঙহাক লৈরগা মচে লাক্লুনা মহাকসু চংখ্রে। ঐখোয়না "সায়োনর।" হায়দুনা খুৎ হাইরম্মী, মানসু মখুৎ হাইরকই।

হৌজিক অমুক মফমদু থাদোক্লুনা "কিটস কেম্প" *(Kids Kemp)* দা চৎলুসি হায়দুনা চংলে। বঙ্গলোর সিটি কোয়রগা *Kids Kemp* য়েংজ্রবদি মপূং ফাদে হায়নৈ। ঙুমীৎ তাখ্রে পুং ৮-৩০ তারে। মার্কেট কমপ্লেক্স অদুগী মমায়দা মখল কয়াগী লৈতেংগা লোয়ননা চাউনা থারম্মী— *Big Kids Kemp, Welcome to the world's greatest shoping experience, Ramanashree*

*Arcade Mahatma Gandhi Road, Bangalore-560001* মপান্দগী হৌরে কার্টুনগী লাই মানবা অশাবা উচি, হৌদোং, কৈ নোংশা, হুইনচিংবা ময়াম মরেঙ-মরেঙ চংলি। মতুংদা হেক চঙথিবদা পোৎয়োনবী ময়ামত্তনা কেনা ফিজেৎ লৈতেংলত্নুনা. কেয়শেন শেন্নত্নুনা "করি য়েংগনি". "করি পাম্মী" সোমদা চংবিয়ু, চা থকত্রা হৈ মহী থকত্রা হায়না তুংদা কোয়ইন ইন্নি। ঐখোয় ঈঙক ঙকই, তৌফম খঙদে; কোক ঙাঙই। পোংকী মমল হংলুবদদি লল্লাই লুতোন শাংলি। অঙাংগী ফুরীৎ টিশার্ট অমগী মমল লূপা ৩৫০ দগী তাদে। ঈকাই খাঙদগী পি, কে, না মচানূপাগী টিশার্ট অমথক লৈরগা হল্লকই। মথক থংবা লৈমায়দনা মতমচূপ্পা কলচরেল প্রোগ্রাম লৈ।

মার্কেটীং চৎলুবা হল্লকপদদি শেল-থুমগী হীসাব অমুক্তং পাথোক্নসি হায়ত্নুনা য়েংনরুবদদি ঐখোয়না হাম্না পানরুবগা চঙথিবা শেনকমগা য়াম্না খেন্নমনখিত্নুনা. লেমহৌবা শেনফম য়ামলমত্রে। য়োগদগদি য়াম্না য়াংলি, শেলদি লূপা ২৫০০'০০ থক্তা ঙায়রে। মসিনদি ঐখোয় য়োৗবা য়াররোই ঐখোয় কমদৌশিগে থম্নবদা মহৈ মহৈ শাউগংনরে। মত মাম্নত্রে পঙয়েং-য়েংনরে। "নঙ শীল্লো-নঙ শীল্লো" লৌতানরে। হাম্নদি জেঃ সেঃ, পি, কে, না শীন্নকপনি। হৌজিক্তি শেল মন্নাঙ-কায়রক্রবত্নুদা শীনবা ঙম্মরোই হায়ত্নুনা শেলত্নু ফমুং মথক্তা চাইথোক্নুনা লৈরে। কনাম্ন শেল পায়নিংত্রে। মমৈদদি ঐনা, "ফরে অত্নুদি ঐনা অহল ওইবনিনা ঐহাক পায়রগা শীন্নগে" হায়ত্নুনা শেলত্নু পায়শিল্লে। হেক চঙথিবা হীসাব পূম্নমক ইশিনবা কৌরে। লায়ন্নবা ঈমুংদা থৎন-চৈনবা তোয়বা, ঈমুং মহী লাঙবগুম হৌজিক্তী ঐখোয়স্নু কোক-শানবা, ঙাইহাক লৈতনা উংথংনবা, অমনা হায়বা অমনা তাদবা, মত্ত মাম্নদবা

হৌরক্লে। শেল লৈরক্ত্র বদি রাখলম্ব শোম্বরকই, থৌনাম্ব হুম্বরকই।

মথংগী মুমীৎ তাং ৩০ দা অয়ুক পুং মাপন্দগী মুংথিল পুং ২ ফাওনা বঙ্গলোর তুর তৌবা য়াওরে। মী অমদা লুপা ৬০/— য়েংগদবা মফমদি০ উলসুরলেক, বুল তেমপল, টিপুগী কোন্নুং, লালবাগ গার্দেনস, কবোন পার্ক, মিউজিয়ম, ভেনকাতাপা আর্ট গেলেরি, বিধান সৌদা অসিনচিংবা, অহানবদা টীপু সুলতানগী কোন্নুং য়েংউই। মসি লৈবাক অমসুং উনা শাবনি। কোন্নুং অসি হায়দর আলিনা শাবা হৌরম্মগা টিপু সুলতান্না ১৭৯২ দা লোইশিল্লম্বনি। নাকল অনীদা মমায় চপ মান্ননা য়াম্না মওং তানা শারম্মী। মথংদ "লালবাগ বোটানিকেল গার্ডেন" য়েংই মসিনা বঙ্গলোর সহর মন্নুংদা মরুওইবা য়েংবদা মুংঙাঈবা মফমনি। মতম পুম্নমক্তা লৈগু অশংবা উ·রাতনা মথল শুনা লৈতেংলবা একর ২৪০ পাক-চাওবা লৈকোন্নী। অহানবা চওথিবদা ঐইচ, এম, টী, গী লৈমায়গী ঘড়ী অচৌবা অমা চত্তুনা লৈ। মনাক্তনা "চান রাজ রাদেয়ার" *(Chanaraj Wadeyar)* গী শগোল মথক্তা শাবা মুর্তি অমা লৈ। মসি ১৯০৮ দা মহিশুরদগী মফমসিদা হোংলকখিবনি। খর চৎশিনখ্রগা "গ্লাস হাওস' (মিংশেলগী য়ুম) য়েংবগী পেনব লৈতে। অকোয়ংদা মথোঙ নেম্বী সনাবৈ পাম্বীশিংদা সনা মচুগী লৈ ঙাক্তনা পুমঙাঙ ঙাঙনা শাৎলম্বা উবদা মেরা থাবু নৌহৌনা নিংশিংহল্লি। অসুম্না নুংদা হক্তুনা ইরম্মী - *Lalbarg Horticultural exhibition boundary was laid by his Royal Highness, Prince Albert Victor Christian, Edward of wales K.G K P, on 30th November 1889 on the occasion of his visit to Banglore.*

অহুদগী মথোল ২৪গী সহরসিদা খ্বায়দগী য়াংবা 'ইউটীলিতি বিল্ডীং' কামরাজ রোদ, কম্মর্সিয়েল সিল্ক, ডি,সি, ওফিস, মলয়া হোসপিতাল বিসোপ কটন বোয়জ স্কুল, বিসোপ কটন বুমেন্স কলেজ, ইম্পারিয়েল থিয়েটর, ওপেরা থিয়েটর, গেলেক্সি থিয়েটরনচিংব য়েংহুনা চৎলি। হায় কোর্টকী মপা য়োরকপদা তুরিস্ট গাইদ' না মসিদনি হিন্দী ফীল্ম, "অন্ধা কানূন" গী য়ায়েল শঙ ওইখিবহু হায়না তাকলম্মী, ময়াম্না হৌগহুনা য়েংনরকই। অরোইবদা গৌঃ মিউজিয়ম য়েংই। মসি অহানবা ঈঞ্জিন শাখিবা মফমনি হায় ইঞ্জিন মথল পুম্নমক শুনা লৈরে। অহানবা ত্রক পুথোবখিবগী তয়ার মপুম (মুংশিং হান্দবী) পানবা অমা পঞ্জাবী ড্রাইভর অমনা থোবগী মওংদা লৈ। মহুদা "*Sleam Wagon 1906*" হায়না থাই।

মুংথিলগী পুং ২ গী মতুংদা ঐখোয়গী লৈফমদা অমুক হল্লে। মুমিদাংগী পুং ৯,৩০ ফাওবা ভায়বা হায়বসি অরাবা রাফম্নী। মতাও-সিদা অমুক্কা মত থেম্নরে। পি, কে, গা ইন্দ্রমনিগনা সিনেমা য়েংনিংই, ঐগা মধুমঙ্গোলগনা য়েংনিংদে। মানা-মানা থোকপা তৌনরসি হায়হুনা মখোয়না সিনেমা য়েংবা চৎখ্রে, ঐখোয়না বাজারদা কোইরে। বাজারদা "সপ্রা বুক হাওস" থাবা লাইরিক য়োনফম অমা উরুবদা ঈবাম্নি চঙলে। মমুংদা চঙখিবদদি অঙকপা ফংনা চাওরমলে। অচৌবা লাইব্রেরী অমগুম্না লৈরম্মী। মফমহুদা লৈরিবা লাইরিক ময়ামহু নাংমদা মফম থুংনা য়েংবা ঙম্বগী য়াফম লৈতে। মফম অনী অহুমদং য়েংলিঙৈদা মুপিং তাশিনখ্রে। মতম হৌখিবা খঙহৌদ্রে অপাম্বগী অপাম্বা লাইরিক ভাক্কা থনফম খঙদ্রে। মহাক্কা লাইরিক অনী, ঐনা লাইরিক অহুমথক লৈরগা থোকলকই।

ভারতকী খ্বায়দগী চাউরবা অমসুং শুমহৎমিঙাই ওইরিবা সহরশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা বঙ্গলোর কর্নাটাকাগী কোনুংনি মসিনা ভারতকী মঙাশুবা খ্বায়দগী চাউবা সহরনি। মসিগী লেপ্পা লৈতনা চাওখৎলকলিবা খুৎশা-হৈবা অমসুং ললোন-ঈতীক লৈবাক অসিদা অতৈ লম্ব লৈত্রবনি। মফমসি দেকান মরুভূমিগী অৱাংবা মফমদ লৈবনা হৱা মুংশিং কৈ য়াম্না ঈংদে, য়াম্না শাদে। মসিদা থা-নোংচুপ অমসুং অৱাং নোংপোক্কী মৌসুমি অনীমক চহী খুদিংগী ফংই। মফমসি থা ভারতকী "হৈগী কৈথেল" হায়না খঙনৈ। মফমসিদা অঙ্গুর, হৈনৌ লফোয়, কস্টর, এপল, থৈবোঙ, তরবুজ, অসিনচিংবা য়াম্না মরাঙ কায়না চহী চুপ্পা ফংই।

সহর অসি ১৫৩৭ দা ভিজয়নগর শাগৈগী নিংথৌ কেমপে গোদা (*Kempe Gowda*) না লিংখৎলম্বনি। মসিগী মুংঙাইরবা ৱারী লৈরি। বঙ্গলোর হায়বসি বঙ্গলুরু (*Bangaluru*) হায়বদগী থৈদনরকপনি। চহী চা কয়াগী মমাঙদা হোয়সলা (*Hoysala*) গী নিংথৌ বিরাবল্লালা (*Biraballala*) না নোংমা শা তানবা চৎপগী খোঙচৎ অমদা মহাক লম্মাঙনহুনা মপাং অতৈগা কায়নখি। অশোঙবা উমং অহুগী মরক্তা অপীকপা থাংপোকশঙ অমদা হনুবী অমথক মথন্তা পাল্লম্মী। হনুবীহুনা মাগী চানবা চরা "বেন্দা কালু" (*Benda Kalu*) মুঙ হৱাই অফুৎপা অহু চোকথরবা, চরাম্নরবা নিংথৌহুগা য়েন্নহুনা চামিন্নখি। মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌনা মাগী কোনুং য়ৌবদদি নিংথৌগী অহীংহুগী থৌদোক রাথোক অহুগী ঈ-পাউনা লৈবাক শীন্থুংনা শন্দোকখি। মহুদগী মফমসিবু 'বেন্দা কালুরু' (*Bendakaluru*) হায়না খঙনরকখি। মহুদগী 'বঙ্গালুরু' মমৈদা বঙ্গলোর ওন্থোকখি।

মুমিদাংগী পুং ৯ ভারকপদা বস স্টেণ্ডদা মত্রাজদা চৎনবা ময়াম পাড়ী থুংলবা ভাইনরি। ময়াম মরাক্তা ঙৌরোক ঙৌবা, মশম ভাওবা,

সংকোয় অভাউব থর পারি-পারি হৌবা জিনগী খোল্লাউ শেংপা চহী ৩০/৪০ গী কোরেন্নর অমম্ভ গাড়ী ভাইমিন্নৈ অহানবদা পি. কে. গা করি করিনে। রারী থর শান্নরম্মী। ঐস্ম মখোয়গী রারীদু তানিংতুনা চঙশিল্লী। মখোয়গী রারী লোইরকপদা ঐনা হৌদোকলুই, মহাক্না ঐগী পাউথুম পীরকই,

— ভাকপিগনি সার,!

— ত'কপিল্লু সার!

— অদোম করি লৈবাক্তী মীনো?

— জর্মনিদগীনি।

— ইণ্ডিয়াদদি করি থবক্তী লাকপিবনো?

— স্থম কোয়বা লাকপনি।

— ইণ্ডিয়াসি অদোমগী পুক্নীংদা করম্না ফাওবগে?

— য়াম্না মুভাই।

— করম্বা মওংদা মুংভাইরিবনো?

— ইণ্ডিয়াগী মীশিংসি মরূপ-মপাঙ ওইবগী রাখল য়াম্না লৈ।

— নওনা মদু করম্না খওবিবগে?

— সাউথ আফ্রিকা শুমদদি লমকোয়বা লাকপা মীশিংবু য়াম্না তাখী, বোবল অনীথক্তী ফাওবা মী হাক্তে কই।

— অদুবু সার! নওনা অগোবা সহরশিংদা চৎলগা য়েংবনদি ভারতক্তী অশেংবা শক্তম উবা ফংলোই সহরশিংদি পৃথীবিগী মকম খুদিংদা ময়মগনি। নওনা ইণ্ডিয়াগী অশেংবা শক্তম য়েংবা পাম্নবা, খওনীংলবদি লরায়-থরাইদা চৎলগা য়েংবীবা ভাই।

— হোয় মদুদি য়াম্না চুম্নবা রাক্মনি।

— ইণ্ডিয়াগী চীঙ্গাক্তি হৈনত্রা ?
— হোয় হৈনরে।
— মসিনা নঙগী অহানবা খোঙচংলা ?
— নত্তে, হান্নস্থ লাকত্রে ।
— নহাক করি থবক পায়রিবগে ?
— ঐহাক ম্যাজিকী ওজানি।
— নঙগী গিতর' সি ইণ্ডিয়াদগী লৈবিবরা (গিতরদ থিল্লুনা)
— নত্তে ঐনা য়ুমদগী পুজরকপনি ।
— করিগীদমক অস্থক লুম্বসি পুরগা চংলিবনো ?
— ঐনা খোংনিংবা, শান্ননিংবা মতমদা শিজিন্নবনি ।
— অদোমগী মিং অমুক্তা ইবিরম্মু.

অসি হায়রগা চেগা কলমগা পীশিল্লি। মহাক্না হরাউ-হরাউনা ইবিরকই- ***Volkmar Abramowski, Solmssti-51, 10961 Berlin, Germany*** ঐনা, "মসিদি করম্না পাগনি" হংলুবদা মানা হায়রকই "বোকমর অব্রোস্কি" অহুদগী মাগী খাউদা য়াম্না চেকশিন্না থমলিবা বারলিনগী ফোতো অমা রানা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরম্মী অমস্থং হায়রম্মী "মসিগী ওভরব্রিজ অসিগীময়ায়দা হান্নগী ইস্ট অমস্থং রেস্ট জরমনিগী তাইনবা ঙমখৈ ওইরম্বনি হৌজিক্তি পুল্লবনিনা অমত্তা ওইরে" অহুগা মাগী ডাইরিদু পুথোরক্লগা ঐগী মিং অমস্থং লৈফম ইহল্লম্মী ।

ঙাইহাক্তং লৈরগা বস লাক্তুনা কাখৎনরে। অহুবু ঐখোয়গী মনীংদা কমগদবা নুপী অনীগী কমকম মপাংদা থোংনাউগী গ্রাস য়াওদবদগী "গ্রাস য়াওদনা অশুক শাংবা লম্বী করম্না চৎকনি" হায়না বেরা ভৌনহুনা পাড়ী চল্লে মরৈ য়েংনহুনা লৈয়ে। পুংদি ১২ তাশিল্লকলে। মুত্তমহুদা

জর্মনি মচাহুনা থাওসা ওম্মকুহুনা হায়রকই "পুং ৯·৩০ চংকনি হায়রগা, হৌজিক ১১ তাথোকখ্রে" ঐনা কাপী তৌহুনা হায়দোকখি "নত্তে সার ! ভারতকী মতমগী চংনবীদদি হৌজিক পুং ৯·৩০ তাখ্রি" ময়াম বা লাউনা নোকমিন্নখি। মমৈদদি গাড়ী অনৌবা অমা শিন্নগা চংপা তারে। ঐখোয় পুন্নমক অনৌবা গাড়ীহুদা কাখৎলগা পুং ১১·৩০ দা শকহেনবী বঙ্গলোর থাদোক্লম্লগা মদ্রাজ মাইকৈ অমুক পাংলকলে।

— মদ্রাজ —

তাং ৩১ গী অয়ুক পুং ৮·৩০ দা "মদ্রাজ সেন্ত্রেল" গী মনাক্তা লৈবা বস ভরমিনসতা থুংলে। য়োবগা রিজার্ভেসন কাউন্টরদা চঙহুনা টিকেট ও, কে, তৌহল্লে। অদুগা রেটিং রুমদা চঙলে। মকমসিদা ঐখোয়, পোৎ-চৈ মাওগনি, হুয়ান চীন্থী তৌগনি হায়বা অকি অথং পুন্নমক থাদোকখ্রে। হকচাং শেংদোক্লরগা রেটিং রুমহুদা পোৎ চৈ পুন্নমক হন্দোক্লম্লগা কনাদম্ব শিন্নরমদনা মপান্দা চক্তুনা চাক চাথোক্লুরে। মকমসি য়োরকপদদি থবা শাগৎলে বঙ্গলোরগা য়েংনবদা য়াম্না খেন্নরে "গোপাল ত্রেভেলস" চঙহুনা মদ্রাজ সহর য়েংবগী পুং ২·৭ কী টিকেট লৌশিল্লে। পুং অনী তারমদাইদা পোৎ চৈশিংহু গোপাল ত্রেভেলসগী রুমদা থমজিল্লগা মদ্রাজ সহর কোরবা চংলে।

য়েংগদবা মকমদি, মেরিনা বিচ, অনা অমম্থং এম জি আর গী সমাদ্ধী, কোরপোরেসন কেম্পাস, ভালুভর কোতাম, গিন্দি নেসনেল পার্ক, পোঙ্গ মিউজিয়ম, স্নেক্ত মিউজিয়ম, অসিনচিংবনি। (*The Marina*

*Beach, Annaz MGR Samadhi, Corporation Campus, Valluvar Kottam, Guindy National Park, Govt, Museum, Fort Museum etc.)* লম্বীদস্থ গাড়ী থোনথোন 'তুরিস্ট গাইদনা খুদোম্বী থিন থিন্দুনা তাকই, খা ভারতকী সুপর স্টার রজনি-কান্টগী য়ুম, শ্রীদেবীগী য়ুম, রেখাগী য়ুম, কামরাজগী য়ুম, স্বামি বিবেকানন্দনা লৈরম্বা মফমচিংবা। অহানবদা য়াম্না ওক্না থোকখিবদি "ভালুভার কোটাম' দনি মসিদা মুনি "থিরুভালুভার' গী অচৌব মুত্তি অমা কাংখোঙ পানবা দোলাই অচৌবা অমগী মথক্তা শারগা শামু অনিনা চিংবগী শক্তমনি। লাইশঙসিগী মমাঙদা মী ৪০০০ অমুক্তদা পুম্না ফম্না চনবা মান্দোব অচৌবা অমা শাই। মসি ১৯৭৬ তা মতমতুগী চিফ মিনিষ্টর এম, করুনানিধীনা শারম্বনি। মসিনা এশিয়াগী মমুংদা লৈব খ্বায়দগী মী য়াম্না চনবা ওডিতোরিয়ম্নি। মথক্তু লমহাং অচৌবা অমমুক চাওই। এৈনা ঈশান হান্না তপনা কাখৎখিবদা থংপ্রেক থংথি, মী চাম্মদগী হেনবনা মখুত্তা হোকি স্টিক অমমম পায়নরতুনা লাউখোংতুনা থৎনরম্মী। এৈহাক পাখৎতুনা খোঙকম হন্দোরকই, অতুবু থংনবা মীৎকুপত ময়া-মতু রা রা নোকথোক্লরম্মী। করিনো চঙশিন্দুনা য়েংউবদদি সিনেমা নম্বগী 'রিহারসেল তৌবা ওইরমলে। পি, কে ঈবান্নি মেচিনগী মনাক্তা তান্না চংশিনতুনা য়েংবদদি "মিথুন চক্রবর্ত্তি' না লাইনীংবা অমগী শক্তম লৌতুনা ফমতুনা লৈরম্মী। পি. কে, না চংশিন্দুনা কোতো অমা কাপলকই।

অতৈ মফমশিং লোইনা য়েংউরবা মতুংদা অরোইবা ওইনা "মেরিনা বিচতা" চৎলে। মসি পৃথিবীগী মমুংদা অনিশুবা খ্বাইদগী চাউবা 'বিচ' নি। অহানবা খ্বায়দগী চাউবনা আমেরিকাগী "মিয়ানা বিচ" নি। মেরিনা বিচকী পরেংদা শরকারকী ময়ক্ষইবা লোম্বালশিং মদ্রা

ইউনিভর্সিটি, পুলিস হেডকার্টরনচিংবা কয়াযুক লৈ। মেরিনা বিচকী ছুমিদাংগী দৃশ্য অঙকপনি। কিঃ মিঃ মথায় অমরোম পাকপা-শাংবগী ওয়খৈ লৈখিত্রবা সমত্রু মপানগী পাক্লবা লৈতোইগী মথক্তা মৈঙায়া পুল্লং লংবা মরক্তা মীনা চীরু-চায়ন ওমদনা সমত্রুগী ঈশিংনা অার কারকপা ঈথকী অকা অকুমদা চেন-চোংহুনা শাম্লরি। ময়াম পুল্লাং লাঙই মানা-মানা থোকপা। অয়ুক মুংথিলগী মৈশা মরক্তা চংলুবগী চোকথবহু সমত্রুদগী হুমগংলকপা নামিবা মুংশিংকী শহুম কংবদা তেকথংহল্লবা মীপুম খুদিং ফুজিল্লরকপনি। মথল-মথেলগী হরাও-কুম্মৈ, অচা-অথক থাবগী লোইবা নাইরোই। অসিগুম্বা ময়াম্বগী মুংঙাইবহু উরুরগা, ঐথোয়গী ঈমুং মমুংগী লৈত-লায়র, নূপী অঙাংগী কায়ন-মৈচাক, ঈরমদমগী হাংন-শুনবা পুল্লমক্তু লোইনা হেক কাউথোকথিহুনা তোঙানবা সংসার অমদা লূপশিনথি।

তামিল নাড়ুগী কোম্নুং মদ্রাজ সহর ভারতকী মরিগুবা খ্বাইদগী চাউবা সহরনি। মদ্রাজদা ফংলিবা মথল মথা কয়াগী শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মুংঙাইরবা খুদোংচাবা কয়া অতৈ খা-ভারতকী মফমশিংদা ফংলোই। মসিনা জগোয়, ঈশৈ-নোংমাই, কীর্ত্ত, কলচর, চৎনবী, সংস্কৃতিনচিংবা হীরম কয়ামুক্তা খা-ভারতকী মিংশেল ওইরি। চহী ৩৫০ য়োম্বগী মমাঙদা ১৬৩৯ দা 'মদ্রাসপটনম' কৌবা ঙা কাকম অপীকপা খুলঙ অমা ওইরম্বদগী, "বৃটীশ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিগী" ফ্রান্সিস দে *(Francis Day)* কৌবা লম্কোয়বা অমনা মফমসি উরম্বদা পুক্লিং হুক্লহুনা খুদংহুগী লুচিংবশিংগা ভাঙনরগা লম মত্তেক অমা বক্লব (লিজ) লৌরগা অপীকপা লম্নোনপোৎ থমখম ওইখি। ইকুই কুইদমা ইস্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিগী লিকায় অমম্নুং মাসমগী হেদ কার্টরম শাগৎলকুবা

বৃটিশশিংনা ভারতকী লৈমায়দা মখোয়গী সম্রাজ্যগী খুমকম খোনবা হৌখি। মফমসিদা বৃটিশশিংনা ভারতকী খ্বাইদগী অহানবা ইংলিস স্কুল, মিউনিসিপাল কোরপোরেসন, ইণ্ডিয়ান আর্মিনচিংবা কয়ামকুম লিংখৎখি। মদ্রাজদা লশিং, মুগা অমসুং শউনগী পোত্থোক্লিদমক মমিং চংলি। অহানবা বৃটিশশিংগী খোঙদাফম ওইখিব অমসুং মতম কুইনা মখোয়গী মখাদা লোইনম ওইরুনা লৈরম্লবসু মদ্রাজদা লৈবা তামিলশিংগী চৎনবী, নাৎ, সংস্কৃটীনচিংবদি বৃটিশশিংগী মতৌ খক তমখিদে।

মদ্রাজ সহরা মফম অতৈগা মান্নদবা খোঙ হায়ববু লগ্নী সোরোকী কোনা-কাচিন খুদিংদা হৌজিক মখোয়গী চিফ মিনিস্টর ওইরিবী জয়াললিথাগী অয়েকপা পোস্টরনা পীক থল্লি। মখল মখ গী সাইজ, মচা-অচৌবা ফুট ১১০ রাংবা ফাওবা য়াওই। ঐখোয় মশেন হায়নৈ "করিগীনো তৌরিসিবো, ইণ্ডিয়াগী অতৈ স্টেত্তা অসিগুম্বা অমুক্তসু উদ্রি" পি কে, না হায়রকই, ঐখোয়গী স্টেত্তা চিফ মিনিস্টর রিশাং কৈশিংগী অয়েকপা পোস্টর অমত্তং থেৎলুরবদি মীংকুপ্ত তোইগনি"

'মেরিনা বিচ' তগী হল্লকপদা মুখিদাংগী পুং ৮ তাথোকপ্রে হোতেল অমদা চঙশিন্দুনা চাবা-থকপা লোইথোক্লগ, 'গোপাল ট্রেভেলস' তুগী পোৎ-চৈশিংসু পুরক্লগা স্টেসন্দা ঐখোয়গী ট্রেনগী পূ ফম ১০-৩০ ডা ইরুনা লৈরে। মতমচানা ট্রেনগী প্লেট ফোর্মদা লাক্লবদা ঐখোয়গী কোচতা কাখত্তুনা মফমচানা ফম্নরে। মতম য়োৗরক্লত্তুনা ট্রেন্দু থাদোক্লবগী 'সিগনেল' পীরক্লই। 'মীগী নুপী মশকমতৌ ফজবী মীগী মমা অফবী, মীগী মচা হুংশিরা ঐগী ওইবা য়াদবগুম" হুংঙাই য়াইকবনা ফজবা ফজরবা ফুরা ফলান, ফুখকৈ, অরঙ-অয়াক পুম্নমক থাদোক্লম্লগা কোথোক-চাওবী অচ্রানবু অজোটবা মিদাই পীরম্লগা, মীংকুপ অমত্তং নে-না তাদ্রবা

ঐখোয় মশেল হাঙ্জোক্লবগী পৌদোক রাখোক্লা থল্লবা, ওইদংপাদ, হুবান চীঙ্খী. শেঙ্গ-থুমজানা হু ভরেঙ্গুগী হেন্না খারবা ঈরমদম মনিপুবগীদমক খোঙশাল্লক্রে ।

## —হল্লকপগী লম্বীদা—

নোং ঙাল্লকপদদি বিজয়রাদা য়ৌরমলে। ঐখোয় শেলগী অরাংপা লৈবনা অয়ূক্কী ব্রেকফাস্ট পেকেট ফাওবা মপুং কানা লৌবা ঙম্মদত্বনা চ' থক্তুং থক্লগা থাঙলে। খবর ফাওবা পানবা লৈবা ঙম্মক্রে। বেঙ্গালি নূপা অমগী খবর রায়রগা পাকবদা পি, কে, না ফাগী তৌত্বনা হায়রকই, "লায়রবা হায়বসি ৎোল্লিদা খবর ফাওবা মীঙোন্দগী নপচরিদা পারেদো" ঐখোয় নোকমিন্নে। ঐনা নোক্তুনা থুম্মী— "মাগী খবরসি ঐ'খায়না পারগা ময়েক্‌ মুংখিগদবস্ন নত্তে' ময়াম নোকমিন্নে। ইণ্ডিয়ান এক্সপ্রেস পারুবদা 'হরালা' রাথোক্কী মরমদা অয়াম্বা ইরম্মী। ময়ামত্বনা ইণ্ডিয়াগী পোলিটিক্স, ডিমোক্রেসি, অমসুং করপসনগী রারী শানরকপদা থঙবা ঙমই মত্তুদি হৌজিকত্তি মীয়ামসিনা রাজনিতি তৌবা মীওইশিংবু যাম্না তূক্কচনা উরে। হুবানব ৎৌবঙম্বা দাকু-তকাতি, ফুরীংখাউ চপ্পা তমথীরবা ক্রিমিনেলশিং ওইনা উরে। নূপা অমনা হায়রকই, "ঐখোয়গী খা ভাবগ্রা হান্নদি শেঙ্গা থুমজা কয়া লৈরমদবনি, অত্তুবু মপু বাউনা প্রাইম মিনিস্টর ওইখিবদগী করপসনগী চাং য়াম্না হেনগৎলে"

মথং লামায়শিং হাইদোক্লবদা ঙরাং মত্রাঙদা চিফ-মিনিস্টর জয়াললিথাগী অয়েকপা পোস্টরশিং লৈহৌবত্বগী মরমদা কক্লনা ইত্তুনা লেরম্মী। ঐনা থঙনীংমন্দুনা পুক্নীং চঙবা য়েংলম্মী। থঙলে মত্তুদি

ফেঃ তাং ৮ অমসুং ৯ দা মদ্রাজদা এ আই, এ, ডি, এম, কে গী স্টেট কনফরেন্স তৌগদৌরি। মতুগীদমক উপাক তোন নিফু লূপা লাখ নীপান চঙনা জয়াললিথা অম্না অমসুং এম জি. আর. গী পোস্টর থেৎলিবনি। তাং ৮ সুমীৎ অসিদা কর্নাতকা ষ্টেটকী লুহোংগদবা বর-কন্যা জুরা ৫০০০ পুন্সী লৈপুন শেম্বিগদৌরি। সুমীৎ অসিদা তিনগদবা মীয়ামগীদমক স্কার ফিট ১২,০০০ চাউবা মী লীশীং অমমম চনবা দাইনিং হোল কুম্ভ্রাশু শেম-শাবা লোইরে'। রাকম অসি থেংনবা ঐহাক নুংঙাইবনা হায়রুম খঙখিদে, মরমদি মতৌ করম্না নোংমদা অহুক য়াম্বা বর-কন্যা-শিংতুগী লুহোংবগী থবক অহু পাঙথোকদৌরিবনো হায়বসিনি।

ঐখোয়গীসিদদি লুহোংবা অমা পাংথোকবা হোৎনৎদ লায়র-ত ন্দুনা রারিবা নংলিবা ময়ামসি উরগা মখোয়না নোংমদা জুরা ৫০০০ লুহোংগনি হায়বসি মঙঙম্বা থবক্কী। ঐখোয়ন অসুক য়াম্বা লমশিং চৎপদা লুহোংবগী প্রোসেসন চৎপা অমত্তম্ থেংনরক্তে। ঐখোয়গী মনিপুরদদি ইমফালদা সুমিদাংরাই ঙাইহাক্তং লেপ্লদা লুহোংবা পার্টি ৫ দগী তরা ফাওব চৎপা উই। ঐনা রাকমসি ইশিন্দুনা পুরক্লগা তাং ১০ গী ইণ্ডিয়ান এক্সপ্রেশ খবর অমদি পারগে খন্দুনা লাকখি। তাং তরাগী সুমিদাংরাইদা পি, সি, জেইন, তুকান্দা খবর লৌগে চঙখিবদা সুমীঙো দিল্লীগী চেফোঙ অমত্তা লাক্তে হায়তুনা ফংলক্তে। অসুমনা অতুম খঙবা ঙমগৌদনা তোকখ্রে।

তাং ১গী "দি হিন্দু" গী এডিতোরিয়েলদা মনিপুরগী সেক্রেটারিয়েৎ মমাঙদা বোম পোথায়বগী মরমদা ইরম্মী হায়না পি, কে, না ঐঙোন্দা লীরম্মী। অসুম্না রানা রানা চাবোই চাদবোই লাকপনা তাং ২।২।৯৬ কী অয়ুক পুং ৯-৩০ দা হাওরাদা থুংলে। হাওরাদগী 'এসপ্লানেট' তাম্না বসত্তা কুক কুক ইরনা পোৎয়োমশিংতুগা রানা রানা চৎলে। মক্কমতুদা

"পাইলোট ত্রেভেলস" গী সিলিগুরী ফাওবা চৎনবগী বসকী টিকেট লৌশিল্লে। মুমিদাংরাই পুং ৬ তা থাগনি মথংগী অমুক পুং ৬ তা য়ৌগনি তাকপীরে। অদু ওইরদি নিউজলপাইগুরিদা কামরূপ এক্সপ্রেশ ত্রেন ফাবা ঙম্লগনি হায়না থাজবা কৈরে। কনবতা হেক য়ৌবদগীদি ঐখোয় পোৎ-চৈ ফবীৎখাউনচিন্বা চেকশিনবা হৌবে।

তৌজিক্তি, অয়ুকী পুং তরাদগী মুমিদাংরাই পুং ৬ ফাওবা কয়ম্না লেনগদগে হাযবা রাফম অমুক লাকলে। এসপ্লানেৎকী মনাক্তা লৈবা প্লে গ্রাউণ্ডশিংগী উকমদা অদুম থাঙলসি শেল অরেম্বদা মাঙহল্লগম্নুসি হায়নবদা পি, কে, না "ঈশাগী স্টেণ্ডাদ" ঙাক্কদবনি হাযনা অকনবা মওপীবকপদগী ঐখোয় তেক্সি অমা ফারগা 'রোনান্দ রোদতা লৈবা' 'মনিপুর ভবন' দা চৎলে। মফমদুদা হকচাং শেংদোক্লরগা চাক চারে। চাক চাবা লোইরকপদা খবর 'তেলিগ্রাফ' পাক্লবদা য়াইঙংপোকপীদা এম আর অনী কাপ্পুনা হাৎপগী পাউ য়াওবম্নী। মদু হেক য়েংলুবদা থগায় রায় মিল্হন শুদে, মমদা করি থোক্লমগদগে অঙাংশিং করম কৌরমগদগে, মিল্হন চেঙ্গুম-চেনগানৈ।

মথং-মথং অমুক হাংদোক্লুনা "আর্টস এণ্ড কলচর" গী লামায়দু পাকবদা মনিপুর মচা অনী (১) চানা লুখোই অমম্নুং (২) রতন থীয়াম গী মরমদা ওন্তোক্লা ফজনা ইরম্বদু থেংনরুবদা অমুকা থংমুং মুংঙাইবা ফাওরকই মরমদি মমিং লৈরবা অইবা চানা লুখোয়দি ঐগী মায়গৈগী খুল্লোন কৈরোম্নব লুনা তিন্নজবা মীওইনি। ঙাইহাক্তুদা থল্লকই. "অসি ওইরে অরাবগা মুংঙাইবগা মচীন-মনাউনি হায়বদো"।

ঙাইহাক পোথারগা ইম্রমনিদি তুমলগান হায়দুনা তুমখ্রে। পি, কে, না থবক অমা চৎকনি হায়দুনা চৎখ্রে। ঐদি মুংথিল তুম্বগী হৈনবী

লৈত্তে। ঐনা মধুমঙ্গোলদা হংখি— "ঈনাও নহাক কলকত্তাগী মেত্রো ত্রেন তোংলুরব্রা ?" মানা "তোংদ্রি" হায়না খুম্মকই। "কলকত্তাদা লাক্লগা মেত্রো ত্রেন উদ্রগদি কলকত্তা য়েংবা মপুং ফাদে ঐহাক য়েংঙনবাগে চৎলুসি ঐগী শউনগী বেগ অমত্তম্ব লৈনিংই" হায়রুবদা মাম্ব য়ারক্লুনা ঈবাম্নি কালিঘাট ফাওবা চৎলগা, মহুদগী এসপ্লানেট ফাওবা মেত্রোদা চৎলে। ঐখোয়গী লৈগদবা খরা লৈরগা অমুক এসপ্লানেটতগী কালিঘাত ফাওবা মেত্রোদা হল্লকুনা মনিপুর ভবন্দা য়ৌরে।

পুং ৫ তাশিল্লকপদা তেক্সি অমা ফারগা অমুক্তা এসপ্লানেট তান্না চৎলে। মুমিদাংবাইগী মী চিনবা মতাং ওইবনা তেনপ্রবা মফমতু য়ৌবদা পুংখায় হেল্লা চঙই। ঐখোয়না য়ৌখিবদা বস লৈরমলে। পুং তরুক্তা অমুক কলকটা থাদোকলমলে। বস কণ্ডক্টরমহুনা লমখাংদা মতেক-ময়াগী পেসেঞ্জর ময়াম অমা হাপচিন্দুনা মতৎ-মতং থামহুনা লৈরে। ময়াম্না শাউনরক্লুনা করিগীনো লোকেল বসতৌনা মী ময়াম হাপচিন্দুনা মরক্তা পীক থম্না লেপহনবা করিগীনো হান্নরন চংবা লাউ-নরকই অহুবু মী উশিত্তুবা কণ্ডক্টরহুদি করিস্নু নাচুংখিদে। মহুদা খল্লকই মসি ওইরেকো "কলকটা কংগাল্লোংকা" হায়বদো। নহানথৈ খা-ভারত্তা লাকপা বসশিংদা অসিগুম্বা অমুক্তা য়াওখিদে।

নোংঙানবা পুং তরুক্তা থুংগদবা গাড়ীহুনা সিলিগুরিদা পুং ৮ দা থুংলে। ঐখোয় ত্রেন ফাবা নংগনি থাজরক্লে। পাখৎক্লুনা হাথু-হাণ ওটোরিক্সো অমা ফারে। ড্রাইভরহুদা কয়া লৌগদগে হংবদা বঙ্গালি কদরহু হৌরে, মুকখুম খুমদে পোৎ-চৈহুদা হাপচিল্লি, থওই বা-ওই তা-শিন্নদে ঐখোয় বঙ্গালিশিংগী মণ্ডগদি য়াম্না খঙলরনি। অমুক অনিরক হংবহুদা খুমক্লবদা লোয়েল থোক্লবা হায়রহুনি হায়হুনা অমুক মেথনকথী

মতম লৈত্রবত্রদা ত্রেনবু নংলবদি হায়ত্রনা নিউজলপাইগুরি জংশন থৌহল্লে। কিঃ মিঃ ৩/৪ খক্তনি, মিনিট ১৫ গী মতুংদা যৌরে। যৌবগা হাথুং-হাথু শেল কয়া লৌগদগে অমুকস্থু হংলুই। ওন্না রিক্সাত্রদা মিটরস্থু পান্দে। ড্রাইভরত্র খুমদে পোৎচৈ থাংদৈ, পি. কে দি পোং পুমদা চংপা তৌগ্রে। শেল কয়া লৌগদগে খুমত্রবদা ঐনা পি, কে, দা, কয়া পীসিগে হংবদা লুপা ২০ হেক পীথোকখ্রসি হায়রে। ঐনা লুপা কুন পুথোক্তনা পীবদ মতাক্তা অফাওবা শাত্রনা লৌ হায়বা য়াত্রে, কুভানি তৌরত্রনা হাযবকই "মসিবু লুপা ২০ গী ভারারা? "নঙদি কয়া লৌগদগে হংবদা খুমত্রগা, মসি য়াম্মবনি" হায়ত্রনা ঙাঙনবদা মানা শিখাও খাত্তুনা 'বঙ্গালি কদরমা' ঙমত্রনা নমফুদা লুপা ৫০ লৌথি। সাউথ ইণ্ডিয়াদা লুপা ৭/৮ গী ভারানি।

রেলরে স্টেসনদগী গুরাহাত্তি য়োবগী টিকেট ময়ি লৌরগা প্লেটফোর্ম য়োবগা ঈকুই কুইদনা ত্রেন থুংলরত্রনা কাখৎলে। অয়ুকস্থুমদি চাক চাবগী মতম ফংদ্রে। মুমিদাং পুং ৭.৩০ দা গুরাহাত্তিদা য়োরে। মনিপুর গোল্ডন ত্রেভেলসকী টিকেট ফংহৌদত্রনা ঐখোয়না হাম্মা লাকপদা তোংলকপা মনিপুর ভেল্লি ত্রেভেলসকী টিকেট লৌত্রুনা গুরাহাত্তি অমুক তুংওইনরমলে। অয়ুক্তগী চাক চারক্তগনিনা চাকখাউদদি অন্দোলন হৌরকলে। অহীংগী পুং ১২-৩০ দা ঙাইহাক তুম্মরম্মবা মতুংদা উইরুম উইরুম জথলাবন্দদা মীৎ ফাকলি ফাকলি চাক চাবত্রদি খল্লুরগা কপজিল্লকই। ত শেংনমক তুমলুরগা চাক চাদসি য়াম্না মুং-ঙাইত্তে, হাউকমস্থু থঙদে। মথংগী মুমিং তাং ৩ গী পুং ১২-৩০ দা মণিপুরগী অমথে মাও গেট য়ৌরে। মাওদস্থু হাওথিত্রবা চাক ইন্সাংত্রদা প্লেতা লুপা ৩০ পীত্রনা চামত্র শেল পাম্নুরকই। মকমসি য়ৌরুদা

অমুক্তা নিংথমথা ওইরমলে।

অমুম্না রানা-রান্না লাকপনা মুংথিলগী পুং ৪ দা ইম্ফালদা থুংলে। ইম্ফালদগী য়াইঙংপোকপীগী বস তোংতুনা চৎপনা কিঃমিঃ ১৫ শাংবা লম্বীদা শংশুং গেৎ অমম্তুং নাপেৎ পালিদা অনীরক আংম্বিনা কুমথহল্লগা চেক তৌরবা মতুংদা পুং ৫-৩০ দা য়ুম য়ৌরে।

## রারোইশিং

হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা থেংনরকপা অরা-মুংঙাই অমম্তুং পুক্রিংদা কাওরকপা খরা শম্লপ্না থমজরি :—

মনিপুরদা চা পাম্বী হৌদে, চা থোক্তে, চাগী কারখানাম্তু লৈতে, চিনি থোক্তে, তাঙই; শঙ্গোম থোক্তে অতুবু মনিপুরগী মফম পুম্নমক লরায়-ইম্ফালদা চা কপ অমদা লুপা অমদা য়োল্লি। মনিপুরগী অরোইবা ওমথৈ মাও গেট হেক য়ৌবদদি মফম পুম্নমক্তা চা কপ অমগী মমল লুপা অনীনি। কল্লিগুম্না মফম খরদি লুপা ২,৫০ য়োনবম্তু য়াওই।

মনিপুরদা মনিপুরগী মীশীংগী তংখায় ১রোম ওইরিবা ভাকশেনবগী মীওই, পুলিস, মিলিটরি, পেরা মিলিটরিনা খুরক হাঙদনা লৈবা উই। ডিমাপুর রেলরে স্টেসন্দা চথোক চৎশিন তৌবা সিফায়না পিক থল্লি। গুরাহাটদগীনা আসামগী মমুংদা লৈবা রেলরে স্টেসনশিংদা সিফায় খর-খর চৎথোক চৎশিন তৌবা উই। অসামগী ওমথৈ হেন্দোকখিবদগী সিফায় অমত্তা মশক উথিদে। লম্বীদা লৈবা ত্রাফিক পুলিস অমম্তুং রেলরেগী আর,পি এফ, কী মীওইশিং নত্তনা মফম কদায়দম্তু সিফায় উবা ফংখিদ্রে। পুম্নমক

অসি উরগা খল্লি,— "শারং মনুংগী শা॰ উচেক্‌ম" মায়কৈ খুদিংমক্তা কোইশিন্দুনা থমলিবা নাম্বোকফম লৈত্রবা, খোঙ-খুৎ পুন্সিন্দুনা থমগ্রবা ঐখোয়না কদাইদনো নাম্বোক্‌দবা অমসুং করম্না ভারতকী অমদি পৃথিবীগী চাওখৎপগী লমজেন্দা য়াওরুবা ওমগদৌরিবনো ?

মনিপুর নত্তনা মফম অতৈদা কিঃ মিঃ চাম্বা চাম্বা, লীশিং লীশিং গাড়ী চেল্লিবা সোরোক্তা অকায়বা, জকিং অমত্তসু লৈতে, লম্বীগী মপান্দা নুং লৈঙোই চায়খায়বসু লৈতে, শিং নাল্লি। মতুনা তাকপদি অমুক্তং শেমখিবনা লোইরে হায়বনি, য়ুম-কৈসু অতুমঙাই। অতুবু মনিপুরগী লম্বী সোরোকশিংদি চহী গুদিংগী শেম্মী, চহী ফানা চত্তে, চহী ফাত্রিঙৈদা কায়রকই। সরকারগী য়ুম-কৈ থোং শাবসু চহী ফাত্রিঙৈদা নাংখায়রকই। রাফমসিদা, মনিপুরগী লম্বা থোং শেম্নবা, য়ুম-কৈ শানবা লৈরিবা ইঞ্জিনি-য়ারশিং অসি মনিপুরগী মপানগী ইঞ্জিনিয়ারশিংগা, মপান্দা তম্মীন্নরগা অমসুং পাস তৌরকপদি ওইরমগনি খল্লি। অতুবু মখোয়না মহৈ তম্বা লোইরগা মরৈবাক মনিপুরদা হল্লকপদা চীংলোন মাপনসি লাম্বোরকপদা চোকথখিতুনা হৈরকপা মহৈশিংতু কাউথোকখিবরা নত্রগা, মখোয়না চহী কয়া, শেল কয়া চঙনা তমজরকপা মহৈশিংতু মনিপুরদা চম্নকম লৈত্রবরা ? মখোয়না শাবা য়ুম থোং, মখোয়না শেম্বা সোরোক অমত্তসু চহী ফানা চত্তে। মসিবু লাইরৈবাক ওইরুদগীরদি খঙজদ্রে। অমরোমদনা শোকউ শোকউবদা সনা লুপা ওনবা, থোকউ হায়বদা থোকহনবা ওম্বা লাইথুৎশাংবী ময়ামগী মমাঙদা মহী ময়াই চমগ্রবরা ? খল্লুবদাদি নোক্লীংই। ইম্ফালদগী গুরাহাটি ফাওবগী হঙ্গৎ-হন্দাগী লম্বীদা চেক পোষ্ট মশীং থিবা ওমদনা লমতৎ খুদিংগী লৈ। চেক পোস্ট খুদিংদা গাড়ীগী অঙাং হেন্দিমেনশিংনা মখুত্তা শেল পায়রগা চেনশিন-চেনশিন্দুনা দক্ষিনা ফংলগা এক্লি তৌবা

উট। মত্তবু গাড়ী চংপা অতাংশিংনা "লাইন খরচ" হায়না খঙঙৈ তৌইগুম্বস্নুং খা-ভারততকী মকমশিং অমসুং কলকত্তাদগী শিলিগুরি ফাওবা লাকপগী লম্বীদদি অতুগুম্বা চেক পোস্টশিংদা এন্ত্রি তৌবা অমসুং শেল পীব থেংনদে। মনিপুর অমসুং শাসাম্দা শেল তিংনবা পিক্রিবা রাখল মপুং ফাত্রিবা অতাংশিংনা গাড়ীগী হেন্দিমেন নত্ত্রগা কণ্ডক্টর ওইনা শিজিনৈ। অতুগা খা ভারত্তদি ড্রাইভর অমসুং কণ্ডক্টরশিংহ্ মপুং ফারবা অহলশিংনা ওই। টিকেট ককপগী চংনবী লৈ অমসুং 'হুইশেল' খোংহ্না ফজনা কণ্ডক্ট তৌই।

ঐখোয়না মনিপুরদা হেক হল্লকপগ। খঙনিংবগা লোয়ননা ঐনা মরূপ মপাংশিংদা 'মনিপুর পব্লিক সার্ভিস কমিসন' গী রাথোক্তু করম তৌখ্রবগে হংবদদি কব্রিস্ব তৌদে জুদিসিয়েল ইনকারি তৌনি হায় তৌরোই হায় তৌহ্না ওংলৈ-পারৈ তৌহ্না লৈ হায়না তারে। অসিগুম্বা অম্বক চাউবা অরানবা থবক তৌবসিগী মতীকচাবা চৈরাক পীবিনবা মীওই ঐখোয়গী মনিপুরদা লৈতবসি য়াম্না অঙকপনি। ভোং ময়াদা লৈবাকী সেবা তৌজগে হায়হ্না মক্কি তাখত্তুনা মথনাত্ত তংপমথৈ লাউরম্বা রাজনিতি তৌবা ময়াম শক্তি লৈরবা বৃটিশ অমসুং নিংগোগী স্বপ্নম সাসনগী মায়োক্তা লালহৌহ্না "নূপী লাল" হায়না পৃথিবীগী মমুংদা মমিং লৈরবী থৌনাফবী মৈতৈ নূপীশিং, সরকার পাক্করপদা লৈবাকী সেবা তৌবনি খঙবা মন্ত্রি, এম, এল, এ, শিং মীয়ামগীদমক মপুগী কখোকচরবনি হায়হ্না মথঙ্গর পাম্মুদনা, শিব কিদনা অচুম্বগীদমক থেন্নরগনি হায়হ্না চোংথোকপিন্নকলিবা নহারোলশিং তুংগী মুঙ্গীরোম্ম চায়হ্না শীরথানরিবা ছাত্রশিংগী সংস্থাশিং, এম, স্ব, পুম্নমক মঙ্গলা কীবুল নমখিবগুম্ব জুমিন্না লৈথোক্লখি। খরা লৈরলা এম, পি, এস, সিংগী তিরারম্নেম কম-পাদোকখি অতুগা জুদিসিয়েল ইনকারি তৌরগনি

হায়না লাওথোকখি মসিদি চুম্নগী মীয়ামগী মীত্তা উৎ চাইবনি, মতম মাঙহনবনি, সরকারগী শেল অমুক্তা তিংহনবনি। ময়াম্মা ঈখঙ খঙনরবা তৌদোংগী অমাংবা উৎনা খুম্বা' হায়বত্থুনি মরাল নৈবা ফারগা দণ্ডি পীনবা নত্তে। শগোলনা লৌ চারগা ইরোইদা তাইনৈ হায়বত্থনি। মরাল নৈবশিং ফাবা হায়বত্থুদি পেনামুক লায়বনি। নোংমদা লোয়না ফাবা য়াই। পরিক্ষাত্থুদা মায় পাকখ্রিবা কেন্তিদেৎশিংত্থু হেক ফাবদা মশানা ফন ফন চোংথোক্লরক্কনি লোৎপা য়ারোই।

হায়নবা নৈ,— "মরা ফত্তবা শিবা ঙাইবা, মচা ফত্তবা চাউবা ঙাইবা" ঐগোয়গী পামত্রে, ফত্রে, চাওখৎত্রে; শেঙ্গা থুমক্কানা হারে, নমথিরে হায়রিবসি খঙনা-খঙনা, উনা-উনা, চেল্লুবদি য়াদবনিনা, চেংকমগী নৈতব-নিনা, মনিপুর ঈমাগী "মশাইকোন্দা পোকচবা, মতম্বাক্তা চাউজবা, মথং-মুংদা শিজবা" হায়না শিবা ঙাইরি।

## লোইরবা

**লাইমুজম রামেশচন্দ্রগী**

**ফোঙলবা :** • তাইবঙ কাওখিদ্রবা মঙলান

• কালিকতনা কৌরকপদা (লমকোয় ৱারী)

**ফোঙলকদবা :**

• লায়রবা অমসুং খুঙংগী ৱারী (শৈরেং)

• অরোয়বা থোঙ্‌জিন (ৱারী মচা)